# [illegible]

## কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

অইবা ঃ

নোংথোম্বম হেমোচন্দ্র সিংহ

# KUNMATHOI SUBA SHATABDI

written by Nongthombam Hemochandra Singh
Luwangsangbam Mamang Leikai Imphal East -795 002 (Manipur)

# কুনমাথোইহ্ শুবা শতাব্দী

অইবা, নোংথোম্বম হেমোচন্দ্র সিংহ, লুবাংসংবম মমাং লৈকাই,
ইম্ফাল ইষ্ট-৭৯৫ ০০২ (মণিপুব)

অফোঙবা : নোংথোম্বম ওংবী তম্পাকলৈমা দেবী অমসুং
কুমাবি সনাতোম্বী (ইচানুপী অতোম্বী)

অহানবা ফোঙবা : ডিসেম্বব, ২০১৩

কোপি : ১০০০

মমল : লুপা ১৭০/-
লুপা ২০০/- (মখুম অখাবা)



মখুম : চনমথাবম প্রেমানন্দ বোয
লাইবিক যেংবম মখা লৈকাই

লাইবিক ফংফম : অইবগী যুম,
মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল অমসুং
আব কে মিসন, অবাং পোৎশংবম

নম্ফম : **লমযানবা প্রিন্টর্স**, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল। (LP/B-36/'13)

## কচ্ছবা

লাইওইখ্রবা পাবুংগী মফমদ
নুংশিনা কচ্ছবি নচানা
ইজবা শৈবেং লাইবিক
'কুনমাথোইশুবা শতাব্দী'
পাউতাক্লা থল্লবা বাহং
'হুবানবনা হুবা ঙমদবা লন'
খঙলব্রা হংবীবম্বা,
নীংশিংদুনা লৈবি ঙসিফাও
কচ্ছবি নখুযাখাদ পাবুং-ও
মীৎতগী পীবাং শিন্থদুনা ।

অইবা

# লাইরিকসিগী মরমদা খরদং

শৈবেংনা পুন্সিবু যাকাযহল্লি। পুন্সিগী তুথুপ কযাদা নপ্তুনা লৈবিবা শকফমশিংবু মশেক-মঙালগা কোন্ননা শৈবেংগী ৱাহৈশিংনা পুথোবক্লগা থম্মোযদা যৈহন্দুনা অপাবশিংদা নুংঙাইববা কাউঙমদ্রবা মহাও পীবি। মীৎ-না শিংহল্লি। শৈবেংগী ৱাহৈশিংদি অযূক্কী থোবকপা তবং-তবংবা নুমিৎকী মঙালগুম্বনি। মদুনা লৈকববা তাইবঙদা অযূক্কী সনা মচুগী মঙালনা কদায কদাযদা হুৎ হূৎতুনা কাচিন-কোযা যৌনা হোৎচীন্দুনা ঙালহল্লুবগুম্বনি।

কুনমাথোইশুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা হৌখ্রবা পুন্সি, পূক্লীং নুংওন্নীংঙাই ওইবা থোকখিবা থৌদোক-ৱাথোক, হৌজিক্কী হিংলিবা পুন্সিসিগী ওইবিবা শকওং, অকোযবদা লৈবিবা চীং-পাৎ তুবেলশিংগী মশক, পূন্নমকসিনা ওইহল্লিবা ফীভম অমদি পূন্নমকসিগা পুন্সিগা লৈনবিবা মবী কযাগী মতাঙদা অইবনা লাইবিক অসিদা ৱাহং কযা হংলি অমদি পাউখুম থিবি।

কুনমাথোইশুবা শতাব্দীদা অইবনা হাযবি,

"শেৎ শেৎতুনা চানবে
ঐগী মীগী খাযনবে
মা ঐ কাওনবে

নুংশিনদবে অমগা অমগা

অৱাবা নুংঙাইবা কদাযদনো
লাইববা নুংঙাইবগী মবক্তা
লৈনবিবা মবীনা কবিনো" *(কুনমাথোইশুবা শতাব্দীনা লাকপদা)*

ঐখোযগী ঈবৈবাক ইবমদম কমদৌবি। নে-না তাদ্রবা লোইশিন-খোমজীন ঙমদ্রবা, চাউজন থীববা অমগুম ইবিবা, মচু তাদবা চাওখৎ-থৌবাং অমদি অতৈ

পাৎ নঙগী নশাইগোন্দা থুপচগে
পাইবক্লি লমগী চেক্লা কযা কযা
তমথীববা মীওইবা নখোযনা মাঙহনবিগনুকো।" *(লোক্তাক পাৎ)*

ৱাখল মযাম অসিনা অইববু অমুক-অমুক মথন্তা নাইতোম তাহল্লি অমসুং নাইতোম তাবকপগী মশকপু অসুন্না উৎলকই,

"ঐগা লৈমিন্নবিবা হাযববু ফক্লাংগী ঘডী নঙতনি
তেক তেক খোঞ্জেল অসি নত্তনা
অথেঙবা অহিং অদুদা তাবা ফংদে কবিমত্তা?" *(ঘডী)*

নাইতোম ফনা তাৰুববসু পূক্লীং কযা নুংওল্লুববসু মবৈবাকপুদি নুংশিজৈ। অদুনা ফহন্নীংঙি অমসুং খনবমখৈ খল্লুবগা হাযবকই,

"অমোৎ অনৈগী কংলৈপাক
অনৌবা কংলৈপাক ওইবসনু।" *(জুন ১৮না লাকপদা)*

হ্যমবস ওইৰবা শৈৰেং খবসু যাওবি। 'কবিবাজ মোইবাংথেম বাজেন্দ্র' মিংথোনবা শৈবেং অমদি নুংশিবগী মতাঙদা ইবা 'নুংশিবা মানা লাক্রবদা কুঞ্জবন অসি নুংশিবগী ঈবাংনা থনখ্রে' অসিনচিংবা কযাসু লাইবিক অসিদা যাওবি।

থেঙলবসু থেঙনা, হৌজিক হৌজিক চাউযাইমা হাযব সেকেন্দবী স্কুল, থৌবালদা সেনিযব লেকচবব ওইনা থৌ পুবিবিবা ওজা শ্রীনোংথোম্বম হেমোচন্দ্র সিংহনা ইচম চম্বা ৱাহৈ-ৱাতাশিংতনা থম্মোয শেংনা ফোঙদোকপগা লোযননা পুথোবকপা শৈবেংগী লাইবিক অসিনা ওজাগী তুংগী পুন্সিদা মণিপুবী সাহিত্যগীদমক হেন্না মশক থোকপা লাইবিক পুথোকপদা ঙমহনবিবা ওইসনু হাযনা ঈশ্ববদা খুকুমজবি।

ইম্ফাল **বা কু ভুবনম্না**
০১/১১/২০১৩

# ৱাহৈ মঙা তৱাদং

ঐগী মৰুপ নোংথোম্বম হেমোচন্দ্ৰ সিংহনা শৈবেংগী লাইবিক অমা পুথোবকপা অসিমক যাম্না পূক্নীং থৌগৎফম থোকই। কুনমাথোই শুবা শতাব্দী অসিদা 'কুনমাথোই শুবা শতাব্দী' মিংথোনবা লাইবিক অমা মীযামদা খুদোল তৌবকপা হাযবসি চপ চাবনি। চহিচা অসিগী মবি লৈনবা শৈবেংদি ফনা যাম্না হাপ্নব্রা হাযনা ঐনা খঞ্জে। খুদম ওইনা এনভাইৰোনমেন্ট, নুংশি-নুংওন, মমা-মপা নুশিবগী, প্রকৃতি শৈথাবা, নহাবোলগী মাংথবক্নিবা মশক, লোক্তাক কন্নবা, তুবেল ঙাক শেনবা, লুনা-নান্না থন্নবা পূম্নমক ফজনা ইবি। মতম অসিগী শৈবেং অযাম্বা থাক ৱাংনা ইখিবা হাযগদ্রা পাবদা খঙবা ঙমদবা কযা অমসু যাওবে। মতাং অসিদদি কবি হেমোচন্দ্ৰগী শৈবেংশিং অসি ইচম চম্বা মীনা পাবা ঙম্বা মখল ওইবে। শৈবেংদি কলা অমনি। ফজবা শৈবেং কযা পুথোকপা যাই অদুগা অপাবশিংনসু লাইনা খঙহন্বা মথৌ তাই। কবি চাউবা (১৮৯৬-১৯৫০) ফজবা, নীংথিজববু ইবাৎচবা মীশক্নি। মযাম্না উনবিবা, খঙলিবা পূম্নমক মাসু উই, খঙসু খঙই। অদুবু মহাক্না লোক্তাক পাৎ উৰুবা মতমদা নত্রগনা খুনগী নুপীশিংনা ঙা ফাবা অদুসুনি মানা উবিবসু অদুবু মহাক্না ইথোবকপা মতমদদি যাম্না ফজে "নামীবা নুংশিৎনা, ঈথক্তা হুম্বদা / ঈথক্না জগোই শাবিবা / হিথক্তা তোংদুনা খুনগী ইমাশিং / ঈনগী জগোই লৈবিবা / ঈথক্না চান্ননা, নুংশিবা কোলোযনা / লৌগী তাম্থাবু পীবিবা / মৈতৈগী ঈপাক্নি মাংদা ঙাল্লিবা / ঐখোযগী লোক্তাক হাযবসে।" হেমোচন্দ্ৰ কবি চাউববু যাম্না পামজবা মীশক্নি। মবম অসিনা মাগী শৈবেং অযাম্বদা মহাকবি অসিগী মমি তাবা থেংনগনি। হৌজিক্কী মোর্দন কবি খবা নিলবিব, নিলকান্তা, অসিগী মতুংদা গোপেশ্বৰ, জাতিশোৰ তোংব্ৰম, ভুবনস্না, প্ৰহলাদ, কেশো ইবেংবা, দোনেশোৰ কোন্সম, সলাম তোম্বা, ফিজম প্ৰিযোকুমাৰ, লনচেনবা মীতৈ, বীৰেন্দ্ৰজিৎ নাওৰেম, ইবোতোম্বী লোংজম, ইবোপিশক, ক্ষেত্ৰি বাজেন, নন্দকিশোৰ শৰ্মা, মোইবাংথেম বাজেন, উলেন মৈতৈনচিংবগা লোইননা চৎমিন্নজনিংবা কবি অমনি।

শৃঙ্গাবগী মতাংদসু অইবনা ফজ ফজববা মতাং কযা অমা শৈবেং লাইবিক অসিদা হাপ্নবা হোৎনবি। মসিমক জযদেবগী গীতগোবিন্দদা বাধা-কৃষ্ণ অনীগী প্রেম লীলা শান্নখিবগী মশক অদু উৎননবা হোৎনবনি হাযনা লৌবসু যাই। ফিদম্নফম ওইববা মীশকশিং স্বামী বিবেকানন্দ, বিনোবা ভাবে, গৌতম বুদ্ধনচিংবগী অৱাংবা থাক্কী ফিদম অদু পামজবা মীশক্লি। অৱাং নোংপোক মাইকৈদা ইথা থাজদনা ইবোম্নুংদা মণি লৈবম্বগুম্বনি কবি হেমোচন্দ্রনা লৈবম্বসি। যাম্নমক থাজদে মাগুম্না মতিকচাবা কবি, স্কোলাব লৈবমগনি হাযবসি । মহাক্না ওজা অমা ওইনা থাজৈ ডা বাধাকৃষণন্না হাযবম্বা "A good teacher must know how to arouse the interest of the field of study for which he is responsible He must himself be a master in the field and be in touch with the latest developments in his subject " মহাক কখোক্লবা মীশক অমনি। কবি হেমোচন্দ্রনা তুংদা হৌবক্লিবা অইবশিংগীদমক অচৌবা খুদোল অমদি তম্বীবম্লে। John Lennon না হাযবম্মী "I don't care too much for money, for money can't buy me love" অশেংবনি কবি হেমোচন্দ্র পৈশাবু মীহৌদে, মহাক্তি নুংশিববু যাম্না ৱাংনা ইবাৎচবা মীশক অমনি। মহাক অসিদি তাইবং শেম্বা মপুগী শাইযোন হাযবদুগুম্বনি।

১-১১-২০১৩ বাজকুমাব গুণচন্দ্র

# অইবগী ৱারোল

চহী ১৮ উখ্রু লদা পোষ্টিং তাদুনা লৈকবে। মতম অদুদা শৈবেং ইনিংবগী ইথিল হেক হেক লাকই। মক ওইনা অথেংবা কন্না লৈত্রবা মতমদা ইতোমতা ঐগী কাদা। শৈবেং মতেক মতেক ইবা হৌই। শৈবেংশিং অদু ঐহাক্না খোইদাবা হাযবদুদি ওইদে। ঐনসু পামদ্রবা অদুবু কন্নানা পাবীগনি শৈবেংনি হাযদুনা, মসিনি ঐগী অৱাবা শকনাযববা শৈবেংবা কযাগী লাইবিক পাদুনা মতম লেল্লি, অযাম্বা ইংলিস কবিশিংগীনি। অখণ্ড অহৈশিংনা হাযবীবম্মী শৈবেং হাযবসিদি কলপ্পানি ওইথোকপা ওইথোক্কবা অপাবশিংদা ৱাখল খলহনবা ঙম্বা, নুংঙাইবা পিবা মকনি। ৱাফম অসিদা লূপ্না লৌদুনা ঐগী মোন্দ্রং মযামদু পবেং পবেং শৈবেং ইবির্বনি হাযদুনা ইবা হৌই। পূম্নমক কলপ্পানি নুংগী বাখল, অদুবু শেংনা থোকখিবগুম যাগ্না নুংঙাইনা ইজৈ। অসুম্না শৈবেং ২০ / ৩০ শুবকপদগীদি লাইবিক ওইনা পুথোক্লিংবগী অপাম্বা লাক্কুনা খবগা হেন্না ইথনবা হোংনৈ। মবক অসিদা নুংশিববা মরুপ নিমাইচৰন, ঈশ্বরচন্দ্র, ইবাই চাওবা, লমাবম তোমচা, কেশো, দোলচন্দ্রনচিংবনা লাইবিক ফোঙননবা ইথিল পিবকই। অসুম্না শৈবেংনি হাযদুনা লাইবিক মচা অসি পুথোকচবনি। মসিদা ফজদবা, অশোয অঙাম পূম্নমব পাবিবিবশিংনা তাকপিবক্কনি খল্লি। মদুনা ঐগী তুংগী মায পাকপা ওইগনি খঞ্জে।

মহাকবি খ্বাইবাকপম চাওবনা মাগী "মৈতৈ কবি" দা অসুম্না শৈথাবি ' লাইববরী ইবোন্নি। খঙদবনা হাযবনি। মৈতৈ কবি লাকখিনি।" মহাক্না হাযবম্বা অসিগা মবি লৈননা ঐখোযগী লৈবাক অসিদা অইবা মশিং হেনগৎলকপা অমাদ সাহিত্যগী পুক্কৈ চাওখৎলকপা হাযবসিমক ঐহাক্কী অপাম্বনি। মবম অসিদগী শৈবেং কযা ইদুনা শৈদিন্নবা কযাদা যাওবা হৌজবক্তে। লোইননা লাইবিক ফোঙবা, খন্ন নৈনব, সেমিনাবনচিংবদা শরুক যাবা লেপ্তুনা চঙবক্লি। মসিগী মথক্তা সাহিত্যগী লূপ কযাদা লাইফ মেম্বব ওইজবি। ঐহাক্কী লাইবিব

"কুন্নমাথোইগুবা শতাব্দী" হাযবসিমক হৈজ শিংজদুনা ইবা নত্তে। মসি মহাকবিনা হাযবিবম্বা " কবি হাযবসি ধ্যান তৌবিবা মুনি নত্রগা লাই তোংলবা মাইবীগুম্বনি। কবিনা ৱাখলগী ইপাক্তা হেক তাউবা মতমদা মহাক্কী থম্মোযদা ৱাখলগী ঈচেল চাম্মনা ঈচেল চাম্মা চাম্মা ফাংনা চেম্ব্বকই। মতম অদুদা ৱাখলগী ঈপোন্না পূক্লীং থম্মোযনচিংবা থুমহৎখিদুনা, মহাক্কী ৱা ঙাংথোক্লবগী পাঙ্গল মাংখি, নত্রগা লাইতোংবা মাইবীগুম্না মবি লৈতবা ৱাহৈ মঙা তবাদং ঙাঙবা নত্তনা মহাক্কী অতোপ্পা পাম্বৈ লৈতে। মতম অদুদা কবিগী অবস্থা অদু যেংবদা অৱাবগী মশক্লি" অচুম্বনি অশিগুম্বা ফিবম অসিদা ঐহাক লাক্লে। মবম অদুনা অঙাওবগুম চোইবোল লোন্দুনা শৈবেং খব অসি ইবা হৌজখি। মকুপ মপাংশিংগা তান্নজবদা যামদ্রবদা পুন্সিদা শৈবেং লাইবিক অমত্তং থন্নম্বগী অপাম্বা পোক্লুনা হৈত-হৈত লাইবিক অমা ওইবা যাবা শৈবেংশিং অদু চাবা থকপা চংদনা ইজদুনা ফোঙদোকচবনি। মসিদা মতম কযা কাযথোকপিথ্রবা ঐগী মকুপ বাজকুমাব গুনচন্দ্র, খ্বাইবাকপম নিমাই, খুবাইজম নিমাইচবন, যাইস্কুল কযা অসিগী লমন তোম্পিঞ্জববনি। লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা ঐগী ইচা ইমৌশিংগী মতেং অদুবুসু থাগৎতবা ঙমদে। মখোযগী মতেং, পূক্লীং থৌগৎপা অদুনসু লাইবিক অসি ওইবকপনি। লাইবিক অসিগী মবমদা ইবিবকপা আব কে ভুবনসনা, কেশো ইবেংবা স্কোলাবশিং অসিগীদমক মতম চুপ্পগী তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

ঐহাক্কা লৈখিদ্রবা ইযাম্বা লৈখিদ্রবা শ্রীবীবেন্না তাইবঙপান খাদোক্লমদাইদসু উন্নজদুনা মাঙোন্দগী কান্নববা পাউতাক কযা ফঙজহৌই। মদুনসু লাইবিক অসি ইনবা ইথিল কযা অমসু ওইখিবনি। ফজবা, অফম্বা নুপী ঐগী ওইনিংই। ফজবা শৈবেং ঐগী ওইনিংই। অদুবু মদু হেক যাবা নত্তে। শৈবেংবু পাম্বীবশিংগী মফমদা শিন্নজবি। মখাতানা লমযানবা প্রিন্টর্সকী মব্দপ তাওবেম মঙ্গি অমসুং প্রেসকী ইচিল ইনাওশিংদসু তৌবিমল খঙবা উৎচবি। ঐগী নুপী অমসুং ইচা ইমৌশিংগী থৱায যাওনা মতেং পাংবদগী লাইবিক অসি পুথোকপা ঙমজবনি। মখুম যেকপিবা চনমথাবম প্রেমানন্দ বোয, লাইবিকযেংবম মখা লৈকাইবু থাগৎচবি। পুম্নমকপু খুকমজবি, নোল্লুকচবি।

২-১১-২০১৩ নোংথোম্বম হেমোচন্দ্র সিংহ

# মনুংগী লমায়দা

# কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

শেৎ শেৎতুনা চানবে
ঐগী মীগী খাযনবে
মা ঐ কাওনবে
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদ'

নুংশিনদ্রে অমগা অমগা
মপা মমাগী অমতা ঙাইববা মচাশিং
হাৎনবে শুনবে কাযনবে অমগা অমগা
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা

পোকঙমদ্রবা মীওই মপোক
লৈবম্মী অচুম্বা নুংঙাইবা পুন্সি অমা
অদুবু ঙসিদি মাঙখ্রে পূম্নমক
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা

অরাবা নুংঙাইবা কদাযদনো
লাইববা নুংঙাইবগী মবক্তা
লৈনবিবা মবিনা কবিনো
কুনমাথোই শুবা সতাব্দীনা লাকপসিদা

পুকচেল চাওববা মীওই কযাসু
অখঙ অহে কযা লোৎখ্রব্রা
অপঙ অশিঙ মান্নহল্লে
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা

মীচঙ মীখায নাইদ্রবা নুমিৎ থা
ঙাল্লি থোক্লী নখোযদি
যেংলি কন্নানা কবি তৌবিবগে
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা

## ২ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

অচুম্বা নঙদি খঙলমগনি, নোক্রমগনি
কৈদৌঙৈ শাফোঙগনি অচুম্বা ঐনা
নখোযগী নতৌ উকব্বগদি ঐহাক্না
নোক্লীংবা কপ্লিংবা লৈতবদি নত্তে।

অমগা অমগা খৎনগনি লাওনগনি
অঙম তান্নবদা পৃথিবী ইমাশে
ব্লাববনি নতৌদু উকব্বদা ইমাদি
অচুম্বা চৎপা লৈবাক ওইহনসি।

অশোনবা লৈবাক ওইবা যাদে
অকনবা পোকপী ইমাসু ওইগনি
লুপথিনু ইবোন্নুংদা অফবা মগুণ
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা।

অবানবা নঙনা মাঙজিন থাবি
কৈদৌঙৈ লাকনি হে প্রকৃতিগী
থুম্কাৎলবা শক্তি চেল্লবা অথুম্বা
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা।

## ৩/ কুনমাথোইহি শুবা শতাব্দী

### মতম

লেংদনা লৈবিখো যাদে
ঙসিদি মতম নহাক্না
থিংবা ঙমদে নহাকপু
মতমগী লাইবেম্বী নঙগী খোংচৎপু।

চৎখিনু নহাক্না তাক্রমদনা
ৱাবী শীংবুল কয়া পুদুনা
অমুক্তংদি শান্নশি ঙাংনসি
ঐ নঙগীত ওইবা ৱাবী।

মাঙখিনুনে মতম নহাকপু
ঙহাক্তা ওইববসু মতম নহাক্না
শান্নশি শান্তীগী ৱাবী
লৈবাক্কী ওইবা ৱাবী

হে মতম কৌবী লাইবেম্বী
চৎখিনু মাঙখিনু নহাকপু
ঙহাক পুমেন পাওমেন্নশি ঙসিসু
শান্তি ওইবা মতাংদা মতম ও।

নহা ওইগে হায়বদি যাদে
অহল ওইশিল্লকনি, নুমিৎ তাবক্কদৌবে
ৱাখলদি নহা ওইবগুমলি
মতম্না হৌখিবগুম ঐগী পুন্সিসু হৌখ্রে।

তাখিগদৌবি নুমিৎ থাসু
অহল ওইশিল্লকপগী শোম্ববকপা হকচাং
নীংশীংলকই ঙসিসু মতমদুগী নহাগী শক্তম
নুমিদাংৱাইবমসু ওইশিল্লকই

ঙসি ঙসি হযেং হয়েং
চৎখি লেপ্তুনা মতমনা খঙহৌদনা
লেপ্তুবা খোঙচৎতা ওইশিল্লকখি অহল
তাশিল্লকখি নুমিৎসু লেপ্পা লৈতনা।

মতম কৌবী লাইবেম্বী
ঐগী খোঙচৎথতি কাযবা যাদে
ঐশে কাওজন থিবা মীওইবা নখোযগুম্বা
নত্তে ঐদি ওইনিংদে মীওইবা নখোযগুম্বা।

## ৫/ কুনমাথোইহ শুবা শতাব্দী

# দিল্লী

চৎলুই ভাবতকী কোনুংদা
চৎলুই দিল্লীদা
যেংলুই যেংবা যাবা খবা
পূব্লীংদা মীহৌনফম ওইবা মযমশিং

অদুবু ফুবা দলান খব নত্তনা
কবিবু যেংনিংঙাই লৈবিবগে
কবিবু লৈবি অঙকপা
কবিবু লৈবি শুমহৎনফম।

শেমগৎলবদি ইবৈবাক মণিপুব
ওইগনি ফজববা লৈবাক অমা
বাত্ত পাদবী মফম অমা
মালেমদা শুমহৎনফম লমদম অমা।

দিল্লীসু ' দিল্লীনি।
কবিবু খেন্নবিবগে দিল্লী
মণিপুব লৈবাক ঐখোযগা
দিল্লী লমদম নহাক্কা '

পুন্সি হাযবসিসু অওনবনি
চাউখৎপ হাযবসিসু অওনবনি
ঙবাংগী দিল্লী— মণিপুব
পূন্নমক ওল্লক্লে লেপ্পনা চাওখৎ লম্নীদা

## কায়নখ্রবা কনাগুম্বা অমদা

তিন্নবম্বা মকুপশিং
লৈখিদ্রে কযা অমা ঙসিদি
উখিদ্রে মাংখিবগুম মীৎমাংদগী
নিংশীংলকই নৌহৌননা ঙসিদি।

লোকেল পেপব কযাদা
শোবাৎকী পাউ যাওবকই
চৎতবদি যাদে থৌদাং লোইববনা
নুংশিববা মকুপ মপাংশিং—

ৱাবী ৱাতাই শামিন্নখি
চামিন থকমিন্নখি মকুপশিংগা
লৈখিদ্রে ঙসিদি উখিদ্রে
হে মকুপ নুংশিববশিং—

ঙসিসু উবি ঐগী মীৎশিদা
ফন ফন চোংথোবকই ইমাংদা
নোকমিন্নখিবা নুংঙাইনা
অৱা অনা কযাগী ৱাবী শাদুনা।

শিনি হাযবসু খল্লুদে
নোংমা নোংমগী হৌজিনখি
চহিগী খোচৎ লেপ্লু যাদে
কাওথোকই কাওজন থিবা মীওইবা

তিন্নদে জাতি কযাগী মকুপশিং
অদুবু নুংশিনৈ অমগা অমগা
অঙৌবা কুচু, অমুবা কুচু কযাসু
নুংশিনৈ মপু মহাক্লা থাবকপা ওইবনা।

## ৭/ কুনমাথোইহি শুবা শতাব্দী

মপূ মাগী খুশেন্নী
ঐখোয খুদিং অমত্তনি
কাওনবসু যাওদবা নত্তে
অমগা অমগা লেংলি পাল্লিবা পূন্নমক,

তাইবং পানবা ঐখোয খুদিংমক
কাওজন থিবা হে মীওইবা
খৎনৈ চৈনৈ অমগা অমগা
তাইবং পান্বা মীওইবা ।।

চিন্দা-পাওদা খৎন-চৈনা
অমগা অমগা নুংশিনদে
কবিগুম্বা মবম অমগীদমকসু
খৎনৈ চৈনৈ অমগা অমগা

মবী মতা কাযনবা
মচল মচা নুংশিনদ্রে
মাগী মাগীনা কনখিবনা
অঙকপনি তাইবং মীওইবা ।।

# মচা নিঙোল

চংজফম লৈতে নিঙোলগী
মমা মপা লৈখিদ্রবা মতুং
ইবেম্মা লাক্লিব্রা ফাওবা
কৌনিংদে মবুং মৌপ্পানা হবাও হবাওনা।

নিঙোলনা মপামদা শিহৈদে
নিঙোল-মচা পিবা-মচা,
পূক্লীংদা খল্লি, তুমিন্না খংশিন্নদনা
হে নিঙোল লাইবক থিবিশা।।

মপামদা নোংমা লাকপা কান্দ
মমা-মপা লৈবিঙৈদদি
অরা-অনা কযাগী বাবী হবাওনা শাজৈ
থম্মোযগী অশেংবা নুংশিবা য ঙজখি।

নিঙোল নঙগী লাইবকশে
অফবসু যাওই ফত্তবসু কোঙ্গাইনি
অফবদি খবতনি নঙগী লাইবকশে
মপোক লাংওন খুদিংদা অফবা ওইসি নিঙোল ৩

—পিনিংবা পোৎ মচা-নিঙোলগীদমক
পিজবা ঙমদে ফোঙনা মচাগীদমক
কবি অমুক হাযকনি মমা ওইবীশিং
নুংঙাইনা পান্বা পুন্সি ওইযু হাযবা নত্তনা।

৯/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

## মোবাইল

মীচং মীখায নাইদবী
মোবাইল নঙনি নীংথিবী
লোল খুদিংগী মমানি
হাদা মোবাইল শকহেনবী।

চৎমিন্নশি শান্নশি নুংশিনা
অফবা রাবী রাতাযনা মপূং ওইনা
যাববসু অথিবা রাহৈ রাতা ঙাংনবা
ঙাংনবোইশি ঐঙোন্দা ইকাযজে।

হাদ ' মোবাইল শকনৌবী
মালেমগী থোক্লিবা থৌদোকশে
উবা ফংহল্লি শঙ শঙ
মোবাইল কৌবী শকহেনবী।

পাখঙ লৈশাবী ঙাক্তগী নত্তে
মোবাইল ঐদি খুদিংমক্কীনি
তাইবংসিদ তাইবং মীওই খুদিংগী
শীজিন্নবীযু নিযম চুম্না

হাযকদুনা কবিবু কান্নগনি
চানবী হৈবী মোবাইলও
কথোকচবি মীযামদা ঐশে
নুংশিবীযু মোবাইল ঐশে।

অনকপা অথাপ্পা লৈতে ঐঙোন্দা
নখোযনা চৎপা মাঙ্গদবা মতমদু
লুপা পৈশা খজিক্তংনা—
যৌহল্লি ঙাংনৈ ঈবাই লাইনা

মোবাইল কৌবী ঐহাকশে
কান্নহল্লিবনি ঐশে নখোযগীদমক
মমল যাম্বা ঙাক্তা নত্তে যামদবসু
লৈবিযে যামদবা মখলসু ঐসে

প্রেম পুজাবিগুম্বনি নখোযগী
হাদা তাইবং মীওইবা
শীজিন্নবীযু মোবাইল ঐসে
শান্নশি নুংশিববা মকুপকুম।।

নীংথিজবী ৰাহে ৰাতা কযানা
লৈতেংলবনি নহাকশে কাওগনু
ঐদি লেংদনা লৈবি,
তাইবংপান মীওইবা নখোযগী,

হাদা লৈবাংগুম অথোৎপী
মোবাইল কৌবী ঐশে
কখোল্লবনি তাইবং মীওইবা
নখোযগীদমক মতম চুপ্পদা

ছাত্রি অমা নোংমদি
নংগে তৌবমই নোংলৈ নুংশিৎ
কন্না চুবমই নোংসু কন্না
মাগী লাইবিক খাওদা
হুমদুনা যেংই খাও মনুংদা
যাওবম্মী মোবাইল খাওদুদা
কৌবম্মী মমা মপা মোবাইলদা
লাক্লম্মী মপাদু কাব তোংলগা
অসুন্না লাকমিন্নে খুলৈ থুনা
মোবাইল ঐগী মতেংদগী ছাত্রি
তেক্তা কাইদনা যৌবক্লম্মী
মযুম মকৈদা তেক্তা কাযদনা।।

## ১১/ কুনমাথোইহ্ শুবা শতাব্দী

মোবাইল ঐগী ইপান্দগী
ছাত্রি মাগী অৱাবা কোক্লম্মী।
অসুম্না মোবাইল ঐগী মতেংদগী
কান্নদবদি নত্তে মোবাইল ঐসে।

# নিংশীংলুবদা

নুমিত্তু নিংশিংলি
কাওবা ঙমলোই নংবু
পুন্সিসিনা লৈবিবমখে
নৌহৌনা নিংশীংলকই।

উখুলগী চীংযা অমদা
চৎলুই ঐনা মাগা লোযননা
শান্নখি ৱাবী কযা
ঐনা পাখং ওইবিঙে
ঐনা মাবু নীংশিংলকই
তাম্মো হাযনা কৌবকই
পবিক্ষা থাবা লাকখি
মশক মতৌ ফজবী মহাকশে।

কোলোয মীংলেন নিংথিজবী
ঐনা মফম অমদা
ত্রান্সফব চৎপা তাখি
কপখি মানা ঐবু কৌবগা সাব

নিংথিজবী মাবু নীংশিংলুবদা
পুন্সিসিদা কাওবা ঙমদে
হাদ শকহেনবী নুজাও
কোলোয মীংলেন নীংথিজবী

শঙ শঙ উবকখি মীৎসিদ
সিবোই লীলীগী মচু তবেৎকুম
মচু চুমথাং খনবগুম্বনি নহাকশে
কুচু কুমেন নীংথিজবী থাজমানবি ও

## ১৩/ কুনমাথোইহ্ শুবা শতাব্দী

চীংযাগী ফজবা অশংবা মবক্তা
উপাল হৈপাল নীংথিজবগুম
নংগুম্বী অতৈ মফমদা লৈতে, উদে
নঙগুম্বা প্রকৃতিগী ফজবা মফম
নঙগী ফজবা শকলোন
কবিগী উহল্লি অহিং খুদিং
শান্নহল্লি শক্লোন কযা পুবি ও
তোযনা তোযনা লাক্কুনা ঐবু

কাযহৌবি
হৌদোক্লবি নঙনা ঐবু
চৎখ্রা নঙবু লাক্লনু অমুক হন্না
হন্না উৎপিবনু নঙগী শক্লোন

নিংশীংলুবদা ঐনা নঙবু
হৌখ্রবা মতমদু লাক্লবোই
অমুক হন্না ঙসি নৌহৌনা
কাযহৌবীবনু ঙসিসু অমুক হন্না।

# অথেংবা অহিং

মীচিক মীবাওখোল তাখিদ্রে
লাংলিবা হাযববু ফেনগী মখোল
অদুনা কন্না হুমলি
নুমিৎ অদু ইতোমতা তেবল মথক্তা
খতা কলম থমদুনা
ৱাখল তৌদুনা ইবা
হৌবকখি শৈবেং অমা অনী।

ঐ ইতোমতা খল্লকই
পুং কযা তাখ্রবা ঙসিসিবু
ইতোমতা হংজখি হন্না হন্না
পুংদি ঙল্লিবমালে হাযদুনা
অমুকসু ঙহাক লেপখি
ঐগী ইচম চম্বা অর্থ
যাওদবা শৈবেং ইবদু।
ঐগী শৈবেং অচম্বী
লোইশিল্লসিবা মবোল থোক্তনা ইবসে
থম্মোযদগী থোবকপা ৱাহৈ খবদং
ইখি অর্থদি থোক্তনা
অথেংবা অহিংনা হৌখ্রবদা
ঐগী শৈবেংসু লোইশিনখি
অসিতনি ফোঙদোক্নুা ইখিবা
অচম্বা পুন্সিদা ঐগী শৈবেং

## ১৫/ কুনমাথোইহি শুবা শতাব্দী

### গুলাপ

লৈনম চেনবী গুলাপ ও
নঙবু মীযামগী লৈবাংনি
থোইনা লাল্লোই নিংথিবী ও।
তিংখঙ পানবসু কাওকবে
নুংশিবী লৈনম চেনবী ও।
তাইবং মীওই খুদিংমক্কী
নহাক্কী লৈনম অদুনা
মীওইবগী পুক্নীং শুম্মৎ লৈ
গুলাপ নঙবু কেনখিনু।
ঐসু নঙবু কাওজদে।
গুলাপ কৌবী লৈনুংশি
অকনবা মালং শাফুনা যৈবকপদা
কেনখিনু গুলাপ লৈবাং নঙবু
মচু কয়া কয়ানা শাৎলি
লৈকোলগী নিংথিজবী লৈবাং
হাদা লৈবাং লৈনমচাওবী ও।
গুলাপ গুলাপ লৈনুংশি।

# অরাংব মরক্ত শান্তি

ইবাং লাংবা ইমুংদা
শান্তি কৌবী অমথক
লৈবক্মী যাম্না চীক্না
মদুনা কাইবা যাদে
ইমুংগী অবাংবা মবক্তা।

ব্রাখল থোক্তে ঐসু
মদুনা অশান্তী ওইখি
পূম্নাং লাংই ঐখোয ইমুং
মসিনা কবিগুম্বদা বাখল থোক্তে
খল্লি পূক্নীংদা মওল মওল।

মীওই খুদিং পামই শান্তি
মওল মওল লাকখি অকাইবা
যেংলুই মীৎযেং শান্না ঙসি
অঙকপনা থল্লবা সংসাবনি
ফজবা নিংথিজবা কযা কযা

ব্রাদবা ঙমদে তুংগী ফীবেপ
খল্লুই মখল মথেল বাখল
শান্তি শান্তি কযা ঙসিসু
লাওই ঙহাক লৈতনা অদুবু
তাদে পৃথিবী ইমুং অমওম্না।

## ১৭/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

# তাম্না

নশক নমিংদি খংলুদে
অঙাং পুংকক চাওবকপদা
কবি কবম্বা চেল্লানো।

অহল লমনসু খঙলমদে
খোংলকই তাম তাম
চীংযা তময়া লোইজিং লোয়া
চীঙ্গোনগী খোম্থাং যৈবকপদা
নুংশিবকই নঙগী খোঞ্জেলদো
হন্না হন্না তান্নিংখি।

চেল্লা ও ' তাম্না নুংশিবী
চীংজাও লান্না পাইবকখি,
ঙসিদি তম্পাক্কী উজাও থাবা মফমদা
পাইবকলী খোংলকই নুংশিনা
হাদা তাম্না নুংশিবী চেল্লাও
খোইথুম্নববা খোঞ্জেল নঙগী
খোঙখো —চিক্রুবা অহিংগী মতমদা
তাজনিংই ঐগী নাকোংদা
লেপখিনু চেল্লাও শকউদবী।

—অঙানবা নুংথিলদদি খোংজনিংদ্রে
ঐদি মকুপ ওইনিংদে মীওইবা নখোয়গা,
নখোয়গী নচা নশুশিংনা
ফাগদবগী হোৎনৈ, হিংসা তৌই।

লৈজনিংদে অনকপা অশোংবা মবক্তা
তাম্না কৌবী ঐহাকশে '
মীনুংশি যাওদ্রবা মীওইবা নখোয়শে
লৈজনিংদে ঐদি নখোয়গী মবক্তা

তান্না কৌবী ঐহাক্না।
ননাক্তা শাৎপা লৈবাং কযা
মাঙহল্লি অবেশ্বদা নখোযনা
তান্না কৌবী চেক্লা ঐদি
পাইখ্রগে লমদম তান্না
হাযজনিংই অসিমতং নখোযদা
হিংশাগী থবক থাদোক্তুনা
থাযনগী অহল লম্ননগী মতৌগুম
অমুক্তংদি ইংনা পানসি
লৈসি শান্তি ওইনা।
খোংলনি শান্তিগী পাউজেল
পুদুনা নখোয তাইবং মীওইবা
মবক্তা তাম-তাম
চেক্লা ওইনা পাইবক্তনা।।

# মণিপুর বন্দ

মণিপুব সনা লৈবাকশে
কববম্বা লৈবাকনো হায়নবে,
অমা নত্রগা অমগী বন্দ ব্রোকেদ
তৌই তোযনা লম্বীদা থিংজিন্দুনা
থেংনহল্লি প্রজা মযাদা অৱাব চৈথেং পিদুনা
নাচুংদে লৈবাকসিগী মীওইদি অঙম্বা,
শেঞ্জাও পাযবা ঐখোযদি পৈশিন্দুনা থমগ্রবনি,
বন্দ ব্রোকেদ কযা লাক্কুনসু,
নাচুংবা লৈতে ঐখোযদি
তাবোই উবোই খংলোই
কবিগী বন্দ ব্রোকেদ
তৌনিংবদা তৌজৌ ৱাবিদে
ঐখোয শেঞ্জাও পাযবদি
লম্বী অনী লৈ মণিপুবদা
নম্বব ১, নম্বব ২ খংনখ্রে।

লম্বী অনী চৎপা যাদে
ভাবতকী লৈবাক অতৈদদি
নোংমা বন্দ ব্রোকেদ যাল্লবদা
লমদমসিদদি থা ১-থা ২
থাংবদা ৱাববা লৈবাক্লি
পেত্রোল, দিজল থাও গাড়ীগী
পেত্রোল পমপ থিংগ্রবসু
লম্বী সবক মতাইদা
লৌনিংবা মমল লৌদুনা ফংই থাও
হাপ্লে লৈদুনা থাওশিং
মৌ নহা কববাব হৈবশিংনা
লাপ্না যেংলকপদদি লৈ চবুল

মানবা পেত্রোলগী মচুদুসু
কেবোসিনগী থাওনা
মশক উদ্রে পেত্রোল
মচু মচু মখল মখলগী
ফংই পেত্রোল থাও মখল মখল
নুংঙাইবা লমদমনি ঐখোযগীসে
মীওই অমনা তৌবা থবক্তা
শিংথানবিদে কন্নানসু
মৈগী ফিবম ফবনি ৱাকন্নু

প্রজা নখোয বাজসনু
আইন লৈতে লমসিদা
ঙাংনিংবা-হাৎনিংবা কযা কযা
ওৎলি নৈবি লৈবাকশিদা
লাওবি মচিন্দ শান্তি পুবকশি
তাবীদে কন্নানসু পাউজেলদু
খনবীযু লমদমশে মীওইবা
খুন্নায লৈবনি, ৱাববনি মখোযশে

## ২১/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

### বাখল

খনসি মণ্ডল মণ্ডল
তৌহন্নিংদবা থবক কয়া
চুমথোক্লিংবা কয়ানি
পুবক্লিংই অচুম্বা লম্বীদা
যাবোই খন্না লৈখ্রবসু
কম্বা বাখলনা লৌশিংনা
অচুম্বা নুংঙাইবা মতমদু
যৌবকখিগদ্র লমদমশিদা
অচুম্বা নহাক্তি ঈশ্বরনি
মলয়া নুংশিংকুম শিল্লকখি
মসিবু ঐগী বাখল ওইবদ্র
জাতিগী মপা গান্ধীওম্বা
লৌখিদে ফম অমখাও
সত্যাগ্রহ তৌদুনা থাদোক্লসি
ভান তৌনসি ঐখোয়সে
ফংখি অচুম্বা কুইনা হোৎনদুনা
থংনখি মীয়াম্না গান্ধীজিবু
জাতিগী মপা হায়না
মসিবু ঐগী বাখল
ওইবগদ্রনে হংখি ঐনা
তোখনা তোপনা ইথত্তা।

# ইশুশিং

নুংশিবা মখল যাম্মী
মপা মমানা মচাশিং
নুংশিবম্বদু নত্তে নুংশিবা
        মচাদি লাযথোক্লবে মশুশিং লাকপদা

অওনবনি মসিমসু মতমগী
তাইবং মীওই খুদিংদা ফাওনবি
কবিগুম্বা অহাওবা অমা চাবকান
        কৌবকই মশুশিং লাও হাযনা

তাইবং মীওইবগী লীচৎনি
হোংবা যাববোইদিবা থৌদাংনি
অসিবা তাইবং মীওই খুদিংদা ফাওবিবা
        সমুদ্রনি মপু মবোক্লা মশু নুংশিবা

কদোমদগী হৌবকপনো
কদাযদা লোযগনি লৈতে অকক্লবা
নুংশিবগী মপুশিংনা মশুশিংবু
        মশু লৈববা মপু মবোকশিংদা

হিংবা ঙমলিবনি মপু মবোক্লা
মশুশিংগী মওং মতৌ যেংলগা
ইধৌ বোবোক কৌবকপদা
        পূমকাও কাওই অৱাবা কযা

নুংশিনা কৌই তুম্বা হৌগৎলকপদা
চাবা থকপা খুদিংদা নিংশীংই
মপু মবোক কযানা মশুশিংবু
        কযাদা নুংশিখ্রবা ঈশুনো।

## ২৩/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

লোইবা নাইদে মপু মবোক্কী
মশুশিংবু নুংশিবগী সংসাব
ঈপাক্তা তাওই চেহুবিবা তুবেন্দা
মতমগী ইচেলদা মশুশিং নুংশিবা।

মতমনা হৌখ্রবদা, ইশুশিং চাওবকপদা
কযাদা নুংশিজবা পূক্লীংদা নৌহৌননা
ঙল্লিবনি পুম্সিসে অসুম্না অৱাবা কযা
পেম্থোকপা, অৱাবা কযা হৌখ্রবসু।

লাকখিনি নুংঙাইববা পুন্সি
তাঙ্কক অমা হৌববনি মীওইবা
অসিতনি খল্লুবা মখোয মখোযনা
চাওবক্লগা শোযদ ঙমদনা লৈহৌবা।

## লুচিংবা

অঙকপা লুচিংবা
কুনমাথোই শুবা শতাব্দীদা
অকন্বনা অচুম্বা শকপা
লমহেনবা ঐগী মাযোক্তা
ওইগে খল্লকপা লাম্বা

মাংহনগনি মপুন্সি খাংউথক্তা
মসিবু ওইবা যাববা অচুম্বা চৎপশিদ
শেলতনা লৈবনি ভোটবশিং
কাদবা যাদে রাখলদা মণ্ডল মণ্ডল
কাববাব ওইনা খল্লি মহাক্না

ঠিকা তৌবা আকাস বীল লৌখোকপা
ঐখোযগী হৈনবিনি থাদোকপা যাদে
অবানবা তৌই খংলবসু হাযদোক্তে
মসিনি ঐগী. পুন্সি ওইদবা যাদে।
শেলতনা ঐগী মকুপনি।।

থম্মোয কাযবা যাওববসু কাইদে
ঐগী ওইদবা/কাদবা যাদে
সমাজগী মীযামগী খংদ্রে ঐ
অচুম্বা খঙদে অবানবা খংদ্রে ঐ
পাংথোক্কনি জয তৌগনি।

লোইবে ইমা মণিপুব
থিজবি অচুম্বা নঙবু কদায লৈখ্রবগে
শযং ওইনা খংলসনু মতাগুম
লাকখিনি থোবক্কনি অনৌবা যুগ
বাগনু অচুম্বা পাম্বা পাবীখোয

## ২৫/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

হল্লকখিনু হায়বা যাদে
অঙম্বা, অঙাম্বা, অচুম্বা নহাক্তি
ধর্ম্ম কায়গনু তুংগীদমক লৈবিবশা
রাগনু পাবী অচুম্বা পাম্বশা

লৈবিবনি ঐখোয়, ঙাযবিবনি নঙবু
হায়বদা লাই, থবক তৌবকপদা লুবনি
কবিগী কপ্লিবনো ? লৈবিবনি ঐশে
ঙাইযুকো হল্লকপা ঐশে
কৌই ঐগী ইমিং অচুম্বা

সনা লৈবাক মণিপুবগী
কদাযদা চৎখ্রবগে নঙ ঐ
মশক, ইশক খঙনসি কৈদৌবগে
ঙাইযুকো লাক্লনি যৌবক্লনি ঐ
ঐবু পমজবা পাবী, ইমোমশিং

## আশা

আশা নঙগী মকুমদা থুপচবনি
পাংথোক্কে খল্লি কবিগুম্বা খব
লৈনম চাওবী লৈবাংগুম
যেঞ্জবনি লৈনম তাইবং নখোযদা

ঐদি আশা নঙবু কাওজদে
লৈবম্বনি ঐদি নঙগী মকুমদা থুপতুনা
হিংজবিবনি আশা নঙগী মপান্দা
থবক কযা অমা লৈবি তৌগদবা।

তিন্নবা ঙম্নবা ঐসু মীইওলক্তা
হে! আশা লাইবেম্বী নঙোন্দা
কবিগী হিংলি কপ্তুনা আশাবু খন্দ্রব্র
শেল থুমসু পাযজদে অদুবু আশাদি মাংদ্রি।

কালেন নুংশাগী খাংবা ঙমদ্রবা কান্দ
মীওইবগী কান্নবা পীবগুম আশাসু লৈবি
কাওগনু শোল্লু নিংজৌ আশাবু
ওইগনি লেপ্পু নবাইক রাগনু

ঐদি পীবনি আশা
নীংজববা শোযদ্রবনি থুংহনগনি আশাদি
কান্নবা পীবতা নত্তে ঐদি নখোযগী
আশানি আশা হে মীওইবা।।

## ২৭/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

### থাবল

মৈশা লাংলবা মবক্তা
ইংলবা থাবল ঙসিসু
থোক্লি থাজ নঙগী মঙাল।
প্রেমিক প্রেমিকা কযানা
শান্নবি নুংশি ৱাবী
মখল মথেলগী নুংঙাই ৱাবী।

থাজ নঙনা খোংদোইৎবকপদা
কবি হায়না শৈথাগনি, ?
মেংলবা লমতাগী থাবল মঙাল।
মেবা থাগী থাবলদো পূক্লীং হুববা
খেন্নবা লৈতে ইংলবা মঙালদো
কবিদা কদাযদা মাঙখিনি তাখিনি
ফজববী লৈনম চেক্লবীগুম্লবী থাবল ও
কযাদা ৱানা ঐনা ঙাইবি নঙবু
হে নীংথিজববী মেংলবা থাবল-ও।।

# ফরবা থাবলগী অহিং

ঙসিগী চীক্রবা অহিংসিদ
শান্নখিবা নুংশি রাবী কযাদো
কাওবা ঙমলোই ঐনা

লোইবী চীংজাও অচৌবা
চীংযাগী ফজববা দৃশ্যাদো
কাওবা ঙম্নবোই মপোকসিগী।।

নীশীং নীংশীং হবাও মীনোক্কা লোইননা
নঙ-ঐ ফমিন্নখিবদো অদৗঙে
থাবলশিনা নীংশীংহল্লে নৌহৌনা

চীক্রবা থাবল ফববা অহিংসিদা
চেন্থবক্রিবা তুবেলগী লাইজ ইবাওখোলনা
নঙবু খুলাম তোইনা কৌবগুমলে

কাওবা ঙমদ্রে অদুঙৈ পুর্নিমাগী থাজ
মাইহিং কাববা থাজগী মঙাল
ওইখিনুকো থাসিগী অহিংদতি।

ইংলবা মেবাগী থাজ নঙবু
ঙান্দুনা লৈবিখো অহিং চুপ্পা থাজ-ও
লাকখো উমং রামং ফাওদোক্নুনা।।

ঙাল্লখো থাজ নঙবু
হাদ মেংলবা থাজ নঙবু
কাওবা ঙমদে ঐগী থম্মোযনা।।

## ২৯/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

অমুক্কসু পুর্নিমা থাজবু ঙমজবী
ঐগী মাগী হাযবা লৈত্রবী
কবন্না কাওগনি তবামবিগী থাজসু।।

অতিযাদা থোক্লিবী থাজ নঙবু
শকহেন্বী কৌগে নীংথিজবী থাজ-ও
কাওবোই তাইবংনা নঙবু।।

# মতমগী ঈশৈ

ঙমশিলকত্রে তানিংদবে মতমগী ঈশৈ
ইবকই মকমসিগা চান্নবা সুবদা
খোঞ্জেল নিংথিনা সুবগা চান্ননা
শকলকই মতমগী যন্ত্র কযাগ লোইননা
অশেংবা খোঞ্জেল তাদবা কুইবে
ঈশৈগী যন্ত্রনা থুমহৎখিদুনা ঙসিদি
নখোয কলাকাব খুদিংনা শকলকপা
অহল-লমন ফমিন্নদুনা তাবা যাব নত্তে
ঙসিগী শৈশকপা শৈশকপী কযানা
ঈশৈগী থৱায হাপ্লকপা— সুবদো।।
থাযনগী ঈশৈ মযেক নুংশিবা খোঞ্জেল
অদুঙৈ লৈবম্বা মপোপ কাযদ্রবা সুব
কবম্বা মকমগী শৈশক্কী সুব
কাওবা ঙমলোইহ্ ফজবা শৈহেকশিং
ইবম্বা, কাওগনি থম্মোযনা নখোযগী সুব,
ইবম্বা মযেক শকলম্বা খোঙ্হোক।।
মতমসিগী শৈবেংবশিংগী ঈশৈ মযেক
শক্তোবকপদা তানিংবা পোক্ত্রে
মতমশিগী ওন্নক্লিবা ঈশিং নুংশিৎ
মসিনা ওইবা তাই।।
হে। শৈবেংবা নখোযগী নবাল নত্তে
মতমসিগী ঈশৈ ময়েক অসিবা?

## থাজবা

থাজবা লৈত্রবা সমাজ
নুংশিনদ্রবা ঙসিগী খুনায
অমনা অমবু উৎশিৎনদ্রে
হীংবগী মবেক মহাও থোক্ত্রে।

কান্নদ্রবা হে তাইবংপান
হিংবগী অর্থ লৈবিব্রনে ঐখোয,
হিংনা হিংনা শিবে মীওইবা,
কবন্না জাতি অসিনা হিংখিনি?

সবকাব পাযবসু মীনি, মীচমসু মীনি
ঐখোয পূন্নমক অমত্তনি খল্লম্বা
থাজবা লৈনদ্রবা হে মীওইবা
থাজখিগদ্র নখোযগী ৱাঙাং ৱাশক।

থাজবগী ৱাংমদা লৈখ্রবা মীওইবা।
হৌজিকপু থাজবগী কান্নবা লৈব্রিা?
হে তাইবং মীওইবা ঐখোযসিবু কবিনো
অদুবু থাজবদি মাংদ্রি ঙসিসু।

নহারুদি পূন্নমক উবি
জাৎ বিজাৎ খাযদে থাজবদা
লেঙদনা লৈবি কাওবদি নত্তে থাজবা
কাওজল থিবা মপোক ওইববা মীওইবা।

# ভোৎকী শক্তম

লাওনবি ভোৎকী মতমদা
নীবি ঐঙোন্দা পীবীয়ু—।
ওইবিবা শক্তম মওংশে
যানিংলব্র নখোয হৌজিকসিবু।।

শেল কযা লৈববগে?
হাযনৈ প্রজা কযানা
হংনবি লেপকদবা মীবেপতো,
মতমগী লাই হাযবদুবা?

মী মবক্তা ফত্তবা লৈতে
লাইদি লাইনি, অঙকপনি বাজনিতি,
কাববাবগী মওংদা শান্নবি বাজনিতি
হংনৈ মতমগী পোলিতিক্স অসিবা?

চহি কুন্থ্রাগী মমাংদদি ওইবম্মী
মগুন লৈবা পোলিতিক্স হাযবদু
ওইবম্মীকো অশেংবা পোলিতিসিযান
ঙসিদি লোইবে অর্থ থোক্ক্রে

পন্নিংদে বাজনিতিগী ব্রাফম
অশেংবা অর্থনিতি, ধর্ম্মনিতি
মাংখ্রববা লমদমসিদগী তশেংনা
হে! অশেংবা ভোৎকী শক্তম।

# নুংঙগী মুর্ত্তি

থম্মোয পান্দবা নুঙগী মুর্ত্তি
অমগুম লেপ্লি ৱা ঙাংদনা
নঙগী নতৌদো উৱব্বগা ঐতনা
খল্লি থম্মোযনুংদা, কপ্লি ঙসিসু
নঙগী মুর্ত্তিবু উকব্বগা ঐতনা
কপ্লি ঙসিসু হন্না যেংদুনা
ৱাখল হোংদমখৈ যেংলি মীৎকুপ্তবমখৈ।

থম্মোয পান্দ্রবী নঙবু যেংদুনা
লেল্লগে পুঙ্গিসে লৈকোল শঙদুনা
লৈহৌবো নহাক্তি চৎলগে ঐদি
হল্লগে অৱা পোৎলুম
পুদুনা ঐসে নঙগীদমক
ইযুম মাযকৈ পাংলগে
হে পুকচেল চাওববী
নঙগী ৱাখল ঐগী আশা
থমজবম্মী নঙগীদমক, কাযথ্রবনি আশা পুম্বা
হে, শকহেন্বীও, মোংবা ইবানযাইদা
থম্মোয কাযবমখৈ কপ্তুনা নিংশীংলুবদা
মপোক লাংওন অমদা
থুংনসি ৱাইথুংনসি ঐখোয অনী
শকমিন্নশি হিংলিঙৈদা ৱাশক
খাম্বা যাববোই ঐতনা
বিদায। পিববনি হবাওনা
খল্লবোই অমুক হন্না।
যেংজবগা মুর্ত্তিসে লেল্লগে পুঙ্গিসিদা,
ঐতনা নুংশিজব্বনা,
খল্লবনি নঙতবু নুংঙাইনা পোথাব্লবা
শান্তি স্বর্গ লৈকোন্দা
কাযনবসিকো পুকচেল চাওবী-ও।

# খঙনরকখিগদ্র

জাৎ তিন্নদে,
রাখল মান্নে
ফাওনখি চেষ্টমিন্নখি
নুংশি ইচেল

থম্মোয লাকানুংদ
শান্নখি থম্মোয মকা লান্না
কৌবকখি মখোল থোক্লা
ঐবু মানা 'তাম্মো'
নুংশিনা মিববা খোঞ্জেলদা 'তাম্মো'
হাযনা হন্না হন্না
কাওগে থল্লুই কাওঙমদে
নঙদি ঐতগী ওইনা থল্লুই
হাদা কাযনখ্রবী নঙবু
উন্নখিদ্রে অমুক হন্না ঐখোয অনী
নিংশীংলকখি ফাওবকখি,
খঙনবকখি মতম মানা পুবক্কুনা
ঐখোয অনী

লাকখিগদ্র মতম কৌবী মানা পুবক্কুনা
উন্নহনখিগদ্র অমুক হন্না
কাযনখ্রবী নহাকপু ঙসিসু
নিংশীংলকখিদ্র কুইববা মতমদু
উহনবীবক্কদ্র অমুক হন্না
মতম কৌবী লাইবেন্সী নঙনা

# তাইবঙ মীওইবা

থোক্লি থা থবাম্মিচাক
থোক্লি নুমিৎ মাসু
অতিযাদা কুফেৎ কাফেৎ তৌদুনা
থবাম্মিচাকশিং

নুমিৎ খুদিং খোঙচৎ কাযদনা
চৎলি অতিযাদা
সনাগী খোংউপ উপ্পুনা
হাংলবা অতিযাগী ফজববা
লঙলবা অতিযাদা শান্নবি।
নুমিৎ খুদিং নিতি নিযম
লমচৎ শাজৎ কাযদনা।
তাইবঙ মীওইবা নখোযদি
চৎলিব্র নিযম কাযদনা লমচৎ শাজৎ
কাযদবা মখৈ নখোযবু
হংলি মহৌশা ঐখোযনা নখোযদা
তৌনিংবদা তৌবা ঙাংনিংবদা ঙাংবা
নখোযনা কাযহল্লে খোঙচৎ কযা
ঈশ্বরগী থৌজাল মাংদনবা
হিংমিন্নসি চান্নসি পুন্না ঐখোযশে।।

# শজী

লৈনিংই ঐদি অচিকপা মফমদা
তাইবং ইনিল তাদ্রবা মফমদা
কবিগী নখোযনা ঐবু হাৎনবা হোৎনবি ?

শাদানবা কাংবুনা ঐবু হাৎকদবগী
কোইশেন শেন্নে,
ঐনা চেল্লি থৱায খুবাক্তা হাপ্তুনা
তাইবং মীওইবা নখোযদগী লাপ্না
হিংনবা উপায থিদুনা।।

শুক্রুবা জঙ্গলদা লৈবে
নোংশা কৈনা
মচিঞ্জাক ওইনবা,
হাৎকদবগী কোইতান তান্নে।
চীং-তুবেল লান্দুনা চেল্লফাওবা

কোইতান তানৈ মখোযনা ঐবু
চেনফম লৈতে কদাযদনো ?
হা উবোক নমাঙসু লাঙ, নতুংসু তেন
কবিগী ইশক উবদা নখোযনা ঐবু
হাৎকদবগী তান্নে মযাম চংদুনা।
অশোনবা, মীচং লৈজদবা ঐগীদমক
চোংথোকপিবক্তে কন্নাসু তোল্লবা
শজী ঐগী থৱায কন্বিনবা'।

৩৭/ কুনমাথোইহি শুবা শতাব্দী

## লঙজা

কিন্নবস্মী লঙজা নঙ
উখিদ্রে হৌজিক নঙ
অশিবা শা, অপুম অশা
শেঙদোক্লস্মী লঙজা নঙনা
অশিবা শা অপুম অশা পুম্বা

পুখিবস্মী নঙনা লঙজা
ঙসিদি অকিবা কিনিংঙাই ওইববা
লঙজা নঙোন্দগী হেন্না অকিবা থোবক্রে

নঙোন্দগী কান্নবস্মী খবদং
তাইবং মীওইবগীদমক
অকিবগী মশক ওইববসু
হেন্না কান্নবা তৌবিবস্মী

পীবিবস্মী নঙনা ঐখোযদা
কান্নবা খবদং ওইববসু
লঙজা নঙনা মীওইবগী
শেংদোকপিবস্মী ফত্ত হৌদি

ঙসিদি নুংশিনবা লৈত্রবা
তাইবঙ মীওইবনা খুন্দাবা মফমদা,
অকিবগী অকিবা ঙাক্তনা থল্লবা মফনি।
মাঙখ্রে মুৎথ্রবনি ঐখোযগী লমদমশে
শেংদোকপিনবা লৈত্রবা
অমোৎপা জগৎ সংসাবনি লৈবিবসে

তাহৈদবা উহৈদবা ঙাক্তনা
থল্লে ঙসিগী মীওইবগী খুন্দাবা মফমশে
কিনিঙাই, কিনিঙাইগী মশক্লী
থাইনগী ব্যাবহাব ফজবা

শুক কযাগী ফজখ্রবা পাউতাক
থিবদা ফংদ্রবা মফমনি লৈবিবা
তাইবঙ মীওইবা ঐখোযনা খুন্দবিবা
মফমশে কিনিঙাইগী মশক্কি।
অমুক হন্না পাইবক্লো লঙজা
নঙনা শেংদোকপিববো অপুম অশা
খবদং ওইববসু মীওইবা ঐখোযগীদমক
উৎপিবমউ ঙসিগী খঙহৌদ্রবা
নহাবোলশিংদা নহাক্না তৌবম্বা
ফজবা থৌজালগী মবিক খবদং ওইববসু
খিকপিদুনা তরু তরুবা ফজবা
খবদং ওইববসু লঙজা নঙনা
ঐখোযগীদমক ঙসিসু অমুক হন্না
ইচাই-চাইববা পুমাঙ মাঙগদবা
ঐখোযগী লমদম নুংশিবশে
নিংশীংহন্নসি নৌহৌনা অমুক হন্না
মতম অমদা খঙদবা মীওইবগী
তৌবিবম্বা শা ঙা উচেক ৱাযা
লঙজা নঙনা উৎপিবম্মী, তৌবিবম্মী হাযনা।।

## ৩৭/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

# শকুন্তলা

মণি মুক্তনি শকুন্তলা
মীওইবগী কমপ্যুটবনি খঙনবা
অতাঙবনি শকুন্তলা নঙদি
ঙসি নহাক্ল' উৎলম্বা
পীবম্বা লৌশিংগী অঙ্ক
থিজিন হুমজিনবা লৌশিংগী
মৈবাগী মঙাল চুখৎপিবম্বা
লৌশিংতনা নিংশীঙবতনা শকুন্তলা।
বেঙ্গলোবগী ব্রম্মোন শাগৈদা পোকচবী
মালেম শিনবা থুংনা
মমিং চৎখিবী নঙতনি শকুন্তলা
খুদক্তা ফল পিবা ঙম্বা
অঙকপনি নঙগী তোঙান্বা লৌশিং
ভাবত্তগী হৌখিবী অবংবা থরাশ্মিচাক
পৃথিবী পুম্বদা ঙালহনখিবা শকুন্তলা
নঙনা পিবম্বা খুদোল পৃথিবীদা
অঙম্বা মওংদা হোৎখিবা অঙ্ক ছাত্রশিংগীদমক
কান্নবা কযা পীবিবম্মী নহাক্লা
সেকেন্দ যাখ্নেদা ২৩ শুবা কট ২০১
হোৎখিবা মণিমুক্তা শকুন্তলা নঙতনি
মালেমসিদ হৌখিবী থোইনা হেন্না
ফাওখিবী শকুন্তলা নঙতনি।
চহি যান্না নৌবিঁঙৈ মতমদগী
হোৎখিবী, ফাওখিবী অঙ্ক চহি ৬ তগী
ঙল্লিঁঙৈদগী হৌবকখিবা শকুন্তলানি

মহাক্কী অবোইবা যাহিপ
তানখি মশাগী চহি ৮০ শুবকপা কান্দা
থম্মোযগী লাযনা অমদি কিদনী অনাবা,
অমদা বেঙ্গলোযগী হোসপিতালদ
অবোইবা যাহিপ তানখি শকুন্তলা নহাক্কী।।

# পুকচেল চাওবা

কনাবু লৈবিবগে পুকচেল চাওবা
থিবদা ৱাববা ঙসিগী সংসাবসিদা
যৈখাইবা থুগাইবা অমাঙবা অৱাবা
কিনিঙাই ওইববা ঙসিগী সমাজসিদা

যাম্না তাংনা মশীং ইযাম যামদনা
ঙসিগী তাইবঙনা শোন্নবম্বা মাইচৌশিং
খঙবীদ্রে কনানসু লৈবিবা সংসাবসিদ
শোন্নদ্রে ঙসি মীবোল অসিনা

হৌবক্লে ঙসিদি মপা মপুশিংগী
মাব খোঙ্গুল লীবা নৌহৌনা
নোংচুপলোমদগী শিৎলকপা নুংশিৎ
মাঙখিগদৌববা ঐখোযগী অমতা
ঙাইববা সভ্যতাগী মঙাল ঙসি,
নৌহৌনা শোন্নবক্লি অচুম্বা কযা
পাইবক্লি অশেঙবা অচুম্বা

মালেম পৃথিবী অসিদা নৌহৌনা
নীংশিংহল্লি ঐখোয মৈত্রবাক্কী
মচা মশুশিংনা অমুক হন্না
পুকচেল চাওববা মাইচৌশিংনা
থম্বীবম্বা মমল নাইদ্রবা পুকৈ
লনগৈ কাযদ্রি ঙসিদি ঐখোযগী
পুকচেল চাওববা মাইচৌশিংগী
নুংশিববা লমদমনি যাইফবী

নংগী নশাইগোন্দা থুপচবিবশিং
অমতনি ঐখোযশে থৌনা ফবা
পুচেল চাওববা চাওববীশিংগী

অমত্তা ঙাইববা লমদমনি।
থোবক্লো ঙসিদি যেংলোলাও
পূক্নীং হুববা পুকচেল চাওববা
নচাশিংগী নতিক নথৌনা
শেম্বীবম্বনি পুকচেল চাওববা
ঐখোয় মৈত্রবাকপু কন্ননবা
হোৎনবম্বা ঙাক্তনি নখোযনা
ঐখোযগীদমক লমজিংবিবম্বনি
পুকচেল চাওববা মখোযনা ঐখোযগীদমক।।

# নিংশীংলকই

নুংঙাইবা পুন্সি হাযবগদি
নহা ওইবিঙে ছাত্রগী পুন্সি
অকিবা, অঙকপনা থল্লবা
পুন্সি অমা হাযবগদি ছাত্রনি

লাইবিক থরায যাওবিঙে
কন্নাবু খঙদবা উদবা লৈত্রবা
থিজিনবা খঙজিনবগী মকুক্তনা
মকু ওইবনি ছাত্রগী পুন্সি।।

অদুনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা
খঙদবা কযা খঙননবা হোৎনবা
লাইবিক লাইশুদা পুক্লীং চংখিবা,
ছাত্র ওইবিঙেগী পুন্সিদো নিংশীংলকই।

মসিমদি চুম্লবনি অশেংবা
অচুম্বা কযানা পুন্সি ওইবি।
অদুগুম্বা মতমদু শোযদনা হাযববদি
ছাত্র ওইবিঙে মতমদুনি, মতমদুনি।।

## কনা খঙবীদনা লেল্লিব্রা ?

শাংলবা চীংশাঙ নাপোমদা
তুমিন্না কন্না খঙদা
শাৎলিবী লৈবাং নঙবু লৈনুংশি
লৈনমনদি লৈকায পল্লানলি।

কোযনা থিবি নহাকপু
কোযপাই পাইদুনা খোইমুনা
লৈনম্না চীংমাই ৱাংমা লান্দুনা
থিবি নহাকপু লৈবাং ও

কন্না খঙদা কন্না উদনা
শাৎলিবী লৈবাং লৈশক শকখঙদবী
তাইবঙ মীওইববু কিজবনা
নাবক্তা লোৎলিব্রা ?

চিন্দনা ফজবা, ওইদবা ৱাঙাং
নাপল তৌজবা মীওইববু
শোযদনা তুককচবমগনি
মীওইবগী মবমচৎপু।।

লৈবাং নঙগী যেক্লবা কযানি
মালংবা নুংশিৎনা হুমদুনা
লৈবাং নঙবু কেন্নহনখিনি, মাঙহনখিনি
অসুম্না লৈবাংগী পুন্সি লোইখিনি।।

শাৎনিংলোই তাইবং মীওইবগী মবক্তা
হবাও তযাম্না নিং-তম্না
লৈবাং লৈনম চেনবী ওইবনা
যেক্লবনা কল্লক্লফম ওইবেদো।

মীনুশি লৈত্রবা তাইবঙ মীওইবনা
মাংহনগনি কিবতনা পুন্সি লাইমন ওইবে
তাইবঙ মীওইববু কিজবতনা
নাবক মোংশোংদা লোৎচবিবী লৈবাংনি।
মনিং মখা তন্না চীংযা থন্না
শাৎচবিবীনি লৈবাং মাদি
কুমলেপ্তনা শাৎচবীনি
প্রকৃতিগী লৈতেং ওইবিনি।।

মাংহনবিগনুকো লৈবাং মাবু
চীংযা থন্না শাৎচবি লৈবাংনি
লৈবাং লৈনম চেনবীনি মাদি
মাগী পুন্সি অরাবা তাহনবীগনুকো।।

# নখোয়গী নতৌদো

চীং পাৎ তুবেল
যেংলি ঐখোযসু নখোযবু
অঙকপনা থল্লবা থৌদোকশিং
তাহৈদবা উহৈদবা কয়া
থোকহল্লি তাইবং মীওইবা নখোযনা।

কিদববা নখোযবু মীনম্বা ঙাংবা
অওইবা অচুম্বা কযাবু নাথৈদুনা থল্লগা
অকিবা কযানা থল্লবা রাঙাং-শাঙাং
শুম্বৎনবা হোৎনৈ তাইবঙ জীব নখোযনা।

রাই চাইবে মীতৈ লৈবাকশে ঙসিদি
অতুম্বা মৈগী চীংসু পোথাইবরুগনি
অচেনবা ঈশিং লেপল্রুনি
থল্লম্বা শমুদ্র, পুখ্রি, পাৎ তুবেল
লোইনমক কংলনি মতমগী খোঙচৎ কাযবদগী
যেংলুবা খুদিং উকম্বা কযা
নখোযগী নতৌ উকম্বদা।

## ড্রগ

মাঙহল্লগে নখোয নহাবোল
ড্রগ ঐগী শক্তিনা নখোযবু
শীঞ্জিন্নদবা কন্না খঙলুদনা
লৈকব্বদা ঐবু নখোযনা

কন্নাগী পুন্সি মাংহন্নিংদে ঐদি
শোক্লগনু ঐগী মমিংফাও পনবীগনু
চাকনু ঐশে মাংলগনি নখোযবু
কনবা ঙম্বা শক্তিসু লৈতবদি নত্তে।

মমিং মান্নবা ড্রগ কৌজববসু
শিদৌববা অকনবা অনাবশিং
কন্দবদি নত্তে, ড্রগ ঐনা
মমল যাম্লবা পুন্সি কযা

তাইবঙ নখোযগী নতৌদু উকব্বগা
থম্মোয পান্দ্রবী লৈকংলাগী মুর্ত্তিগুম
উহল্লি নখোযগী নতৌদো
তাইবঙ মীওইবা অঙকপনা থল্লবা নখোযশে।

মমিং মান্নে হাযদুনা ঐবু
ফত্তবা ঙাক্তা নত্তে ড্রগ ঐসে
অনাবা কযাগী থরায ঐতনা কনবনি
ড্রগনি, ড্রগনি, ঐদি অফবা লম্বীদসু

কল্লিবনি মমল যাম্নব থরায কযা
লৌবিগনু ফত্তবা ঙাক্তা নখোযনা ঐবু
ঐগী কোলোয় মীংলেন ড্রগ কৌববসু
তাইবঙ নখোয়বু কন্নগে লাকপনি।

## মরুপ

নুংশিননা তিন্নবা মরুপ
খল্লুই ঐনা থম্মোয শেংনা
অশেংবা পুন্সিগী মরুপ্পী
লেংদ্রবা ঐগী মরুপ ওইনা।

পূক্নীংদা রাবৌনবা শিল্লকপা মরুপ
হিবম খুদিং খুদোং চাবা লৌনবা হোৎনবকপা
অশেংবা মরুপ্পা নহাকপু?
ঐনদি অশেংবা মরুপ্পী খল্লুই।

ওইজবতা লৌগে খল্লকপা মরুপ
ঐদি অদু নত্তে নহাক্কী মরুপতি
পুন্সিগী ওইবা মরুপ্পী নহাকশে
কাওনওমশিকো মরুপ পুন্সিগী ওইনা।

ঐ, নঙ, মা মখোযদু পুল্লস্বনি
পুন্সিদা লীনবস্বনি অরা নুংঙাই।
তুংলমচৎতদি নখোযনা ঐবু থিহন্নবা মীংচৎ
হোৎনবকই পুন্সিগী খোঙথাং কযাদা।

অসিবা পুন্সিগী মরুপ হাযবদো,
অসিবা লেংদ্রবা মরুপ হাযবদো?
থিবদা রান্নবে পুন্সি লম্বীদা
থাজবা মরুপ, অশেংবা মরুপ।

# ওজা

লমজিং লমতারুবা লাকপনি
মীৎনা উবা লাইসু নহারুী
ওজাদি ছাত্রশিংগী খুদোংথিবা
কযাদগী কনগে লাকপনি
হৌজিক্কী মতমগী ওজাদি নত্তে।

থাযনগী লৈনবম্বা মবি
ওজাগী শক্তমদু ঙসিদি উবা ফংখিদ্রে
নুংশিববা ছাত্রগী লমজিংবিবম্বা কযাদো
অদুগুম্বা ওজা থিবদ রাবে ঙসিদি
থকশি খাশি লৈবা ছাত্রসু লৈত্রে।।

কুনমাথোই শুবা শতাব্দীনা লাকপসিদা
অকন-অবিং শীংদুনা ওজাশিংদা
লান্দাবকপগা মান্নবে ওজাশিংদা
ব্যাবহাব যাওদ্রবা, মতমনি হৌজিকশে
ঙসিগী চাউখৎলবা বিজ্ঞানগী যুগসিদা।।

লৈতবসু নত্তে অফবা ওজাসু,
লৈতবসু নত্তে পাবা ফাগনবা ছাত্রসু,
অচুম্বতনা জয ওইবনি হিবম খুদিং
হুবান্বনা হুবা ঙমদবদি মহৈ লনদনি,
কাওগনু ঙসিগী মীবোল নখোযসু।।

## পদ্মশ্রী লাইশ্রম নবকিশোর

অকনবা মতমগী নুঙ,
অশোনবা মতমগী নুঙ,
থাবকপনি তাবিঙ মীওইবগীদমক
কবিগুম্বা খবদং পাঙথোক্নবা
শীষ্টাদংদি পাংবা ঙম্নবা
পোকচবকপনি তাইবঙপানসিদ
লাকচবনি ঐহাক কবিগুম্বা খবদং
মীওইবা জাতিগী অরাব কন্নবা
খঞ্জদুনা শীষ্টা খবদং উৎচবনি।
মীৎনা শঙ শঙ উবা ঙমদবা
মেচ্ছিনগী মতেং লৌদুনা
কদাযদা লৈবগে নুঙ মহাকপু
কোইথি থিদুনা লৌথোকপা ঙমজবা
অতাঙবা মণি মুক্তাগুম্বনি নহাক্তি।
মীৎনা উদুনা রাবী শান্নবগী তাঞ্জা
ফংদবসু নত্তে ঐখোয মশেল।
মীযাম্না শোন্নে ঙাংনৈ নুংগী নবকিশোব
হকচাং যেকপা থিনবা হৌবক্লবদি,
নবকিশোবদা অমুক্তংদি যেংউ
পদ্মশ্রী ফংলবা নুঙগী নবকিশোব
তান্নব্বদা যেংলুবদা ফত্তবা লৈত্রে
মতমসিগী চানবা ডাক্তবসু মহাক্নী।
নাপল কাদবা ঈঙনা থোৎনা ঙাংজবা
নুঙগী নবকিশোব অতাংবনি।
মনা মথুম ফংনবা হোৎনজবা নত্তে
কবিগুম্বা খবদং মপুগী শিষ্টা
পাঙননবগীদমক তৌজবনি,

## ৫১/ কুনমাথোইদুগী শুবা শতাব্দী

মীয়ামগী মমল যাম্লবা পুন্সি
খবদং অৱাবা হকচাংদা লৈবিবদো
মদুগীদমক পাংথোকচবনি।
তোল্লবদগী তোল্লবা ননাই ঐনি
ঐবু নুংশিবা মীওই কযা কযানা
ধর্ম্ম, জাৎ, বিজাৎ খাযদে ঐঙোন্দা
লাপ্না লাকপা অনাবা কযাসু।
খজিক্তং ওইববসু মখোযগীদমক
পীজবনি মতেঙ ঐনা।।
কনা লৈজদ্রবা অশোন অনাগীদমকসু,
কচচবনি অঙম্বা মতেঙ
থোৎনা, মেংনা, মোমোন নোকপা
পদ্মশ্রী নবকিশোবদা লাম্থোকচবনি ঐগী শৈবেং
মৈতৈলোনগী লাইবিক মশানা ইজবা
"চুম্মী" হাযনা লৌবীব্রা? "লাল্লি" হাযনা লৌবীব্রা?
'নুঙ লৈবদা মনা মশিংগী লাযেং'
ফজৈ, ৱাবী পাউতাক পৃম্নমক
থাগৎ ৱাহৈ কযাগা লোইননা
খুৎ লোন্নদুনা হাপ্পীবকই
পাবুং নবকিশোব, ওজা নবকিশোব
কুইনা পুন্সিবিখো ।।
হাযজবি ঐনসু "পুন্সি নুংশাংবা ওইবসনু"

## মরুপ অমা

(My young friend)

খঙনৌ উন্নৌ হাযবগী মতাগুম
নোংমা মৈগী খাজনা থিফম
খুমন লমপাক্তা
উন্নখি মরুপ অমা
হাযখি মরুপ্পুনা ঐঙোন্দা
কবি লমদগীনো?
হংনখি লৈফম খঙনখি ঐখোয মশেল
শান্নখি ৱাবী ৱাতাই
অৱা নুংঙাই কযাগী,
নোংমসু মাগী যুমদা
চা থকপা চংলুই
মসিগী মতুংদা মরুপ ওইখি
পুন্সিগী ওইনা মরুপ শান্নখি
মরুপ মপীজা শেম্বদা
চহিদা লৈবমদ্রে
মহাক্না কৌই ঐঙোন্দা "My young friend"
ঙসিগী সংসাবসিদা লৈবিব্রা
অশেংবা মরুপ
চহিদা যেংনরুববদি যাম্নবনি মহাক্তো
ঙসিগী সংসাবদি মৈবা চমদুনা থিবদা,
মৈঙাল মবক্তা লৈবমদ্রে অশেংবা মরুপ
উন্নদ্রবসু শক্না শক্না Mobile দা
শান্নে ৱাবী নুংশিনা
কৌনখি "My young friend" অনীমক্তা
কাযনদে ঙসিফাওবা
শান্নে ৱাবী ৱাতাই
লাইবিক কযা ফোঙখ্রে মশানা ইজবা

## ৫৩/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

“নুংশিদি পাবা হৈতে”
লাইবিক খ্বাইদগী মমিং চৎপা
থোকখিবা থৌদোক্তা যুম্ফম ওইবা
“মণিপুরদা অনীশুবা লাঞ্জাও অমসুং
ঐনা অঙাং ওইবিঙৈ” গী অইবা
কনা নত্তে মকুপশে
খুবাইজম নিমাইচরন সিংহনি
অরাংবা ফিদম্নফম ওইবা ইমুংনি
মীযাম্না শকখঙখিবা ইমুংদগীনি
তমজনফম ওইবা অরাংবা থাকনি
শক্লাযবা ঈশৈগী শৈরেংবনি
নুংশিববা শুবদা থরায হাপ্পনি
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা
“সাহিত্য ভুষন” উপাধি পিখ্রবা মীশক্নি।
মকুপ মপাং হাযবসি চহিদা লৈরমদ্রে।।
চহিদা খরখিৎ রাইশিল্লবসু
রাখলদি নহানি
রাঙাং শাঙাং নিংথিজবা
লমচৎ ব্যাবহার কাযদবা
মকুপ্নি মহাকশে ঐগীদি মকুপ।।

# য়ুহারাবা

পৃথিবী লৈবাক খুদিংদা
য়ুহাব হাদবা লৈতে মফম খুদিং
কন্না নীকপা তপ্না নীকপা
মদুদি খেন্নে মফম মফমগী ওইনা,

অইং অশা কাযবকই পৃথিবীদা
থাওদি অসুম অসুম লৌথোকপি
শাবগী চাংসু অসুম অসুম হেনগৎলক্লি
মদুনসু অচৌবা মবম অমনি নিকপগী।

ঈশিং ঈচাও, য়ুহাব হাবা, সুনামী
অকিবা ঙাক্তনা থল্লবা পৃথিবীনি
খাংবদা ৱাববা অমনি তাইবং মীওইবা
লেপখো য়ুহাবাবা, সুনামী ঈশিং চাওবা,

মৈচাকপা কবিমত্তা খাকপা তৌদনা
অঙকপনা থল্লবা অকিবগী অকিবা ঙাক্তনি
কিনিংঙাই ঙাক্তনা থল্লবা লাঞ্জাওগী বার্ত্তন্নি
থোক্লবনি পৃথিবী লাঞ্জাও অহুমশুবসু,

হে য়ুহাবাবা, হে সুনামী, হে ঈশিং ইচাও
ঙাইখো হৌবকখিনু নখোয খুদিংমক
খাঙখিগে ঐখোয মীওইবসু অৱা-নুংঙাই।
অৱাবনা হেল্লবনি, নুংঙাইবা হাযবসিনা কবিনো?

হে মীওইবা কবিগী থিবিবনো
চাংযেং তৌবিব্র ঈশ্বব নহাক্কা
কিনিঙাই, পাখৎপা অৱাবদগী
ঙাকপিয়ু, কনবিয়ু হে ঈশ্বব

## ঙমখিদে কৌবা

খঙনবম্মী
লোইন্নবম্মী
শাৎনবম্মী
লৌনবা যাদে
থোক্লে যেক নঙ-ঐ

ঙমখিদে কৌবা
উববা কান্দা নঙবু
মানা হায "চেল্লগা কোকই"
খল্লুনু মদুগীদমক শাকনু মথা।
নিংশীংদুনা অদুম্মক লৈবগা।

মানখিদ্রেদা নীপা
পুন্সি হাযবসে দি
অশানি ঐগী পুন্সিদা
নঙ ঐ থেঙনমিন্নশি
অরা নুংঙাই অনীদা।।

## লায়রবা

শুফম নোম্ফম লৈত্রবা
অঙাওবগী পাংখকুম চৎলি
কোযচৎ চৎলি অঙাওবগী
শক্তম লৌদুনা মহাক অদু
কদাযদা চৎলিবনো খঙদে।

পলেপফম খঙদে মহাকশে
কনাসু হন্না যেংবদা
লৈতে নুংশিবিবা মাগীদমক
অরাবনি মাগী পুন্সি
লৈতে মাগীদমক কনা মালেমসিদা।।

মহৈ মশিং মপুং ফাখিদে
লাইব চবা নোংখন্নবদা
পলেম পঙ্খৌসু ঙন্না কাযনখি
নোংদম থিবা ঈশ্বরগী থৌদানি
শেমদোকপা ঙমদে মাগী মবাইবক।।

অরা কনানা থল্লবা পুন্সি,
ওইখ্রে নুপাশিগী মপোকশে
হন্না যেংবদা উপায লৈতে
তেংবাংঙবিনবা মাগী কনা লৈজদে
লৈত্রবনি লৈত্রবা মাগীদমক।।

থুংখিবম্মী লাযনা অমা
হৌগৎপদা রাগদৌবা মীওইবদা,
শন্নজিং পবেংনা নম্বকপগুম,
অরাব পোৎলুম পুন্সিগী ওইনা,
লায়নানি লাযববগী লাযনা।।

## অওনবা—

পৃথিবী অওনবা ঙাক্তনি
হিংলি পূন্নমক নঙগী নশাইগোন্দা,
মনা মশীং, মীওইবা জীব কযা,
মঙলি মঙলানসু তোঙান তোঙানবা।।
ঙসিনা কবি হযেংন কবম থোকলগবা?

খঙবা ঙম্নদ্রি থৌদোক ব্বাথোক
অমম অঙান খাযবিবী নঙনা
লাওবি চিন্বানথোংদদি অমত্তনি
শান্নবি পৃথিবী ইমাগী তম্পাক্তা
মচা ওইবা ঐখোযনা অমত্তা ওইনা।

সাইন্টিসনা খল্লি অহিং নুংথিল
মীওইবা জাতিগী কান্নগদবা খবদং পুথোক্লবা
পুং ২৪ খল্লি চাবা থকপা থওইদনা
মালেমশে কাযখিগদৌবমাল্লে খল্লকপা মিকুপ্তা
লাওবক্লী মমিং নৈববা সাইন্টিসনা যাবোই।

অঙম তান্নবি ঙসিসু অমগা অমগ
অফবা লম্বীদা চংশিন্নবা ঐখোয
মাংহন্নবা হোৎনবি কাংবু অমনা,
খাঙবদা ব্বাবে পৃথিবী ইমাশে ঙসিদি
অওনবা ঙাক্তনা থল্লে পৃথিবীশে।।

লাওবি খুৎলাম তোযনা ইমানা,
কবিনো ইচাশিং নখোযনা তৌবিবশিবো
হাৎনবি শুনবি খৎনবি অমগা অমগা,
হে! মালেম্বু শেম্বীবিবা অথোইবা মপূ
লাকহনবীগনু অওনবা অকিবা শক্তম।

# পৃথিবী অমা

শান্তি পুবকপা ঙমদ্রে
নখোয মশেল খৎনবি
হাৎনবি অমগা অমগা
ঈ-মশেল জাতি বীজাতি খাযনবি,
হাৎন-শুনবি ইমাগী তমপাক্তা।।

ঙসি ফাওবদা থৱায থাগ্রবা
মীওই কোতি কযা কযা
মীকপ মীবাওখোলতগী খোল্লাও
কপ্পা লাওবা তোকপা লৈত্রবা
শান্তিগী পাউজেলদি চেল্লি ঙসিসু।।

অমনা হাযবা অমনা তাবিদবে
হে! ইমা নচাশিংনা কৌবিযে
খুৎলাম তোযনা 'ইমা! ইমা'
হো! ইমা পৃথিবী নচাশিংনা কৌজবি
অমুক্তদি খাম্বীযু প্রলযগী মৈবিশে কৈদৌবগে।।

নাগাসাকিগী মীকপ মীবাওখোল তোক্ত্রিব্রা?
পৃথিবীদা অমত্তা ওইবগী ৱাখল লৈত্রবদা
অৱাবনা থল্লবা মালেম হাযবদু ওইবে
হৈবাং লৈবাং খবদংসু পুকচেল শেংনা কচচবি
ইমা নঙগী নখুযা চবন্দা।।

থোকহল্লগুমসি পৃথিবীদা অহুমশুবা লাঞ্জাও
শুপব পৱাবদা যাওবিবা লৈবাকশিং
থিংলশি তমথীববা থৌদোক ৱাথোক কযা
হুঞ্জিনবীগনু ইমাগী নচাশিংসে মৈবিলক্তা
হে! পৃথিবী ইমাও অসিতংদি নিজবি।

## ৫৯/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

মচি মচি হৌবক্তুনা খৎন চৈনবা
লৈবাক অমগা অমগা উংখৎনবা,
পূমচাই চাইবে, খাংবদা রাবে ইমাদি
অকম্বনা অচুম্ব শকপা মালেমগী মবিচত্তা
হে! পৃথিবী ইমাও! নচাশিংবু কন্বীযুকো।।

## রেষ্টুরেন্ট

ইপা-ইপুশিংগী মচাশিংনি,
ঐখোয় অমগা অমগা অমত্তনি
শেৎলিবা ফিজোল চাবিবা চিঙ্গাক
অঙকপনি অকিবনি রেষ্টুরেন্ট
চিকন চৌ মো মো অতৈ অতৈ।।

মশা কনবা, পাঙ্গলবা অহলশিং,
থাযনগী থবক কনবা থৌনাফবশিং
যৌবা ঙমলোই নহাবোলশিংনা
মতমদুগী অহলশিংগী থৌনা লিংজেল
শীংথাদুনা লোইবা নাযবা নত্তে।।

ইমুংদা পুশিন্দুনা চানবে শা-ঙা,
থক্লবে মযাই কাবা মহি-মনাই
শেৎলিবা ফীজোল ঙাংলিবা ৱাঙাং,
ব্যাবহাবনা কদোমদা থমখ্রবনো খঙদ্রে,
নোংমৈ-বোমগা কিহল্লি মবাল লৈবা লৈতবা।

ফিজং মকমদা অপাম্বা মিহৌবা ফংনবা,
শান্নবি ঙাংনবি অবোম্বা তাহৈদবা ৱাঙাং,
রেষ্টুরেন্ট নঙগী নপাল তাংদুনা,
ঙসিসু অচীকপা কাগী অমম্বা মৈঙালদা
তাবদা হঙ্গোইববা ৱাবী কযা রেষ্টুরেন্টদা।।

জাতিগী যুম্বী ওইবক্কদবা নখোযশে,
চৎখিনু ওন্ন তৈনবা ফত্তবা লম্বীদা,
লন্নি জাতিগী অমত্তা ঙাযববা মণি-মুক্তানি,
চঙলুনু রেষ্টুরেন্ট শাকনু কান্নদবা ৱাবী
খল্লকনি তুংদ মাঙলুবে ঐখোয মতম কযা।।

## ৬১/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

অফবা লম্বীদা চঙশি খন্নশি অফবা,
ওইশি মক চংবা জাতিগী লন
মীওই মপোক্তা পোক্লবদি ওইসি মক চঙবা
জাতিগী লন অশেংবা ঙসিদগী হৌদুনা
হে প্রেমিক প্রেমিকা ওইবিবশিং।।

কুনমাথোই শুবা শতাব্দীসিনা লাকপসিদ
হুমদ্রোকখ্রসনু অকিবগী শক্লোনগী ফত্তবশিং
হে। মতমগী পাখং-নৈশাবীগী লীচৎ-শাজৎ,
অহল লম্নগী যাথং থওইনদ্রে ঙসিদি—
মানা মানা অপাম্বদ চত্থনখ্রে মনিংতম্না।

বিজ্ঞানিকশিংনা পুথোক্লম্মী ঐখোযগীদমক,
কুইনা চৎনগদবা হিবম খুদিংদা ঐখোযগীদমক
ঐখোযনসু চঙসি থিশি পুথোক্লবা হোৎনসি
কবিগুম্বা খবদং মীওইবা জাতি ঐখোযগীদমক,
থিকসি হংলুসি কবিগুম্বা খবদংদি ঐখোযসু।

মাংলবোইসি অবেম্বদা মমল যাম্লবা মতম,
কবিগুম্বা খবদংসু পুথোক্লমসি জাতিগী লন ওইনা,
হে লৌশিং হেল্লবা হেল্লবীশিং হুন্দোকসি ফত্তবা,
অবেম্বদা বেষ্টুবেন্টদা মতম মাংহন্বগী মহুৎ,
অহেনবা শক্তি পাঙ্গল তানশিল্লু শক্তিসেন-শা।

# অথৌবা নচাশিংনা লৈখিদ্রবদা

আগষ্ট থানা যৌবকপা খুদিং
নিংশীংলকই ইমাগী' থৌবা নচাশিং,
থৱাযনা পোম্থা পীখ্রবশিং
লাইওইখ্রবা নচা টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল।।

নুমিৎ থানা থোক্লিবমখৈ
কাওবা ঙমলোই অথৌবা পোকপী ইমা মণিপুবনা,
মীৎলু পিবাং কংদব মখৈ।
খুৎলাম তোইনা কৌদুনা ইমাগী অথৌব মচাশিং

মণিপুবগী নোংশা অথৌবা যুববাজ টিকেন্দ্রজিৎ,
লৌশিং হেনবা জেনবেল থঙ্গাল
নোক্লা নোক্লা কাখি ফাঁসিগী সগাই,
নৌনা নিংশীংলকই ইমানা নচাশিংবু।।

নোংমতং ওইববসু ওইববা নীংতম্বা পামজখিবা,
মীনাই যোহলীং থাংদুনা লৈগদবগী শকক,
কৎচবগে, থৱাযসে ইমাগীদমক,
পোলহনীংদে মীগী খদাং থাদুনা
হে। ইমা মণিপুব-ও।

আগষ্ট ১৩ না লাকপসিদা,
নিংশীংলকই অথৌবা নচাশিং মমানা।
হল্লকখো লাও অমুক্তংদি "ইমাদা"
পুমচাই চাইববা মৈতৈ লৈবাকশে,
অমুক্তংদি যেংলখো লাও
ইমাগী অথৌবা "ইচাশিং ও"

জয় মণিপুব (কংলৈপাক)

## খুঙ্গংগী পুন্সি

লৈবক্মী ঐশে চিক্লবা খুঙ্গংদা
নুংশিববা উচেক ৱাযাগী খোঞ্জেলক্তা,
মনিংথংবা শকক্তা লৈকোল

খুৎতা চে কলম পাযদুনা খোৎলক্মী
নুংঙাইববা ইথক ঈপোমদা তাওবক্মী
ঐগী ৱাখল লৈকোন্দা অমুক যেং
অশংবা অতিযাদা অমুক যেংখৎ

মসিনা ঐগী পুন্সিদা অনা-অয়েক
কাওখিবক্মী অৱাবা খুদোংথিবা কয়া
মীওই' পুন্সিদা অৱাবা নুংঙাইবা,
খুদোংথিবা কযা মাযোক্লদুনা

ঐনা নিংহন্নবা লৈতনা
অনৌবা আশাগা লোইননা
লেলখিথেঙ্গনখি ঐনা

অনৌবা অমাগী মকুমদা,
শকখি ৱাখলদদি অৱাব কযা,
শন্দোকখি পাক্লবা অতিযাগী শংবান্নবা মচুগুম ।।

লেনখি পুন্সিসে খুঙ্গংদা,
অসুন্না নুংঙাইবা অৱাব থিদনা
থম্মোযদা চৈনা পিদনা ঐনা
অনৌবা অশাগা লোইননা
মসিনি পুন্সিগী মহাও ।।

লৈবম্মী ঐগীসু অব্রা অনা,
খাংদুনা লেল্লম্মী,
মসিনা খুঙ্গংনি,
সহবগী অবাংব নিল খোংবদগী লাপ্না,
পুল্লিশে ইংনা চীক্লা লৈবা,
খ্বাইদগী পামজে।

## অনাবা

মেদিকেল বোর্দ ফমদুনা
দিল্লিদা পুনবা অযাবা পিবে
অনাবা ঐগী নুপী

কোযনা চৎখি লাযেংবা ঐগী নুপী
প্লেন মনুংদা অনাবা কাওথোক্লুনা
নোকখিবম্মী ঙহাক মীৎকুপ।

ইচানুপী অতোম্বী (ইচল) গা
মমাগা ঐখোয অহুম
এ আই আই এম এস হোসপিতাল, দিল্লীদা
লাযেংনবা চৎলি
কনামত্তদসু হাযদোক্লমদে,

ইদোম তুমিন ৱামন্দুনা
ৱাখল খল্লম্মী
তক তকব মীৎনা পাংথোকই
খল্লি অসিবা যুম পান্বগী নুংঙাইবা?

ফত্রে ঐদি তুমিন
লৈখিবম্মী।
নাহেবা খোঞ্জেলতনা
অৱাবা খাংবদা ৱাখি মাসু।

ঐনা খল্লি ঐগী নুপীসি
ফব্বদি নুংঙাইখ্রনিদা
মসি ঐগী অশানি।

# শুর্মিলা

নহাক্কা খঙনব্বা নুমিৎতগী
ঙসি ঐগী পুন্সি লম্বীদা
অমত্তা ওইনা থোকচবী থাজগুম্বী
অমগুম্না ঙান্দুনা লৈবিবিনি।

নঙগী ৱাঙাং তাহৌদবা নুমিত্তো
হকচাংসি হেক্তা শোম্থবদৌনা তৌই,
থম্মোয়গী লৈকোন্দা শাৎচবী লৈবাংগুম
কেনবা শাৎপা অনীগী মবক্তা লৈবাং

পুন্সিগী খোঙথাং খুদিংমক্তা নঙনা
নুংশিনা ঙাংলকপা খুদিং অহিং-নুংথিল
কাওববোই নঙগী শক্তমদো ঐনা
ঐগী মঙলান খুদিং, নঙতবুউবকই।

ঐগী ৱাঙাং খুদিংদা নঙনা হাযখি
নঙগীদুবু ফাগীবা, যাবক্তা ঙংলিবদু
থোকখিদে মবোল ঐনা, নঙনা ঙাংলকপা খুদিং
হায়জিনবসু নত্তে নুংশিবী নঙগী ৱাঙাংদা

থৌনা ফবী শুর্মিলা নঙগী ৱাবী
তাব্বগা নিংশীংলকই যৌবনগী পুন্সিবু
নুংশিনা পামজনা নুমিৎ খুদিং ঐনা
কৌজগে নঙবু শুর্মিলা নুংশিবী।

ঐনা ঙসিফাওবগী মতমসিদা নঙগুম্বী
লৈকোলগী ৱানীগুম্বী শকহেনবী অমবু,
পামজনা কনা খঙহন্দনা থম্মোয়নুংদা,
কৌজবি ঐগী পুন্সিগী খোংলোই হায়না।

## ৬৭/ কুনমাথোইহ শুবা শতাব্দী

নিংশীংলি নোংমা নঙনা হাযখি ফাগীসু মাল্লি,
কৌবগে মীযাম তিনবা মতমদদি
"তামো" হাযনা অদুবু নঙনা অমুক্কসু
"মখোয পাবুং" হাযনা কৌবগেদো নঙোন্দা।

ঐসু নঙগী ৱাঙাং তাবদা অঙকপা অমা,
পোকখিবম্মী হোযদ কৌবসু যাই,
খুমখিবম্মী নুংশি নঙনা ঙাংলকপা খুদিং,
পিখি ঐগী পাউখুম হংলকপা ৱাহং "শুর্মিলা"
ও। শুর্মিলা নুংশিনা।

# লোক্তাক পাৎ

নঙগী ফজবা নতিক মগুণ
মণিপুরগী মীঙশেল ওইবিবী পাৎ
চিলকা পাৎনা হেল্লোইদা নঙোন্দগী
দাল পাৎনসু হেনগদবা নত্তে।

বুল্লর পাৎনসু লাম্বা যাবোই
নঙোন্দগী হেনগনি কবম্বা নতানা
মোইবাংগী থোইবীনি নঙসে লোক্তাক পাৎ
কবিদা প্রমান তৌকনি হে পাৎ নঙসে।।

পৃথিবীগী অতোপ্পা লমদমদা লৈবমগনি
নঙগুম্বী লাইবেম্বীগী শক্তম পুবী পাৎ
শেমলুদনা ফজবী মহৌশাগী পাৎ নঙসে
প্রকৃতিগী পুক্নীং শুমহৎনবা মশক্তি।।

পাৎ নঙগী নশাইগোন্দা থুপচগে
পাইবক্লি লমগী চেক্লা কযা কযা
তমথিববা মীওইবা নখোযনা মাংহনবীনুকো
মখোযসু লমদম তান্না লাকচবিবনি।।

কনবিগদ্র খন্দুনা তাইবং মীওইবা নখোযনা
পাইজবকপনি লমদম অবাপ্পদগী
লমগী চেক্লানি খন্দুনা ঐখোযবু নখোযনা
নুংশিবীযুকো নশাইগোনগী পাৎসিদা থুপচগে।।

কনবীযু চানবীযু হাযজবা নত্তনা
মালেমদগী অহেনবী ফজখ্রবী পাৎনি
চাকতারুগে লাকপনি নখোযগী নকাদা,
ওৎপিগনুকো তাইবং মীওই থৌজাল হৈবা নখোযনা।

## ৬৯/ কুনমাথোইহি শুবা শতাব্দী

ফজবম্বা পাংকী শক্তমদো
মাংখ্রগদ্র হাযদুনা কপচবা
লাইবেম্বী ঐনা ৱাজবা
চিংননিঙাইবু লৈবমদ্রে ঙসিদি।

শীংথানবিবা মণিপুৱ সনা লৈবাক্কী
মীঙশেল ওইনা লৌনবিবা লোক্তাকনি।
অতৈ পাৎশিংদগী অহেন্বীনি
শকহেন্বী পাৎনি, লোক্তাক ঐনি।

ঐগী অকোযবদা লৈবিবা শক্তমসি
মাংহনখ্রে নখোয মীওইবা কাংলুপ্না,
ফজবম্বা পাৎ অসে নখোয তাইবং মীওইবশিংনা,
ঐবু থিহল্লি ঐগী ফজবম্বা শক্তমশে।

থম্মোয লঙনা লৈবম্বা লোক্তাক পাৎনি
ৱাবী কযা কযা থোকখ্রবনি ঐঙোন্দগী
মমিং লৈববা মাইচৌ কযানা ঐবু,
নুংশিনা কৌবিদুনা লৈবম্বনি পাৎ ঐশে।

চাক্তাবম্বা উচেক ৱাযা কযা কযা
পাইবকখিদবে, চাকতাবকখিদ্রে অযাম্বা শরুক
লাপ্লবা মীবমদগী পাইবক্লম্বদো ।
লোক্তাক ঐগী মশাইগোন্দা কাযদোংজবম্বনি।

পুন্সি ঐগী নুংশিবা পাৎ
কাওবা ঙম্লোই ঐনা লোক্তাক নঙবু,
পুন্সিসিনা লৈবিমখৈ পাৎ নঙবু
কবিদ কদাযদ প্রমান তৌরুনি।

# মেনকা

অহিংদা হেক হেক নিংশীংলকই
নুমিৎ অদুগী থৌদোক অদো
কবম্না উন্নখিবনো কদাযদগী লাকখিবনো
উখিবম্মী ঐনা মাবু নোমা রাঙ্কিং চৎলুবদা।

ঐনা মকপ অমনা হাযখি
যাইদা ফজে রাশিনা মতুম-মতুমনি।
গ্রোশবিগী দুকান অমা ফমখি মহাক
রাংবদি খব রাৎলি, ফজবদি র্শ্বগগী মেনাকানি।

মশা খব পীকচববসু ফজবদি অঙকপনি
হঞ্জিন হঞ্জিন থাবদা মাগী মবমদা
লোযবা নাইদে মেনকা নঙগী নশক্তো
হাযখি ঐগী মরুপ্নসু জাৎ, বিজাৎ খাযদে ফজবা হাযবসিদি।

পেন্না কৌগে মেনকা! মেনকা নঙশে
অতব গুলাপকুম লৈশিংগী মবক্তগী নঙসে
নিংথিজেদকো মেনকা নঙসে লাইবেস্বীগুম
কাদোমদগী লাকপনো, কদাযদগী শাৎলকপনো?

কাওবা ঙমলোই ঐনা পুন্সিদা নঙবু,
লাক্কনু নহাক, ঐগী মঙলান্দ তোযনা, তোযনা,
ঐদি তুম্বসু যাদবে নঙগী রাখলদা অহিং কযা অমা
ইখি ইদোম নঙগী মবমদা রাবেং-শৈবেং।

নঙনা হংখি ঐঙোন্দা কবিগী মঙদা লাক্লিবনো
কবিগীদমক ঐনা নঙোন্দা অকাযবা পিবিবনো?
খুম্বা ঙস্ত্র? হাযযু অমুক্তা, তামিন্নশি ঐখোযনী,
ঐদি খঙদে কবিগী লাক্লিবনো, মংলান্দা নঙসে।

## ৭১/ কুনমাথোইহি শুবা শতাব্দী

ৰা ঙাংবদসু যাম্না তপ্না বাশি লৈনা
নোকমি নোকমি তৌবা নঙগী মাযথোং
কুচু কুমেন য়ৌবী শকহেন্বী 'মেনাকা'।
কৌগেনে ঐনা নঙবু পেন্না, পেন্না

হংখি ঐনা নহাকশে লাইব্রিক তম্ব?
ক্লাস কযাফাও তমহৌই নহাকশে
মেট্রিক ফাওবদনি সাব ঐহাক
ঐদি অবাপ্পা লমদগীনি মানা হাযখি।

নকপা লাপ্পা লৈতে ঐঙোন্দদি, 'মেনকা'
চপ মান্নে নঙসে ঐগী ইফমদদি,
ঐনা লৈবা মফমদা নঙসু অদুম লৈ।
পেন্না কৌগে মেনকা মেনকা নঙশে।

থনখি ঐনা পৃথিবীদা নঙগুম্বী লৈতে
ফজবদা নত্তনা সতিনি ঐগী ইফমদা
পুন্সিদা কাওজবা ঙমলোয নঙশে
মেনাকা, মেনকা কৌবি নহাকশে।

# নুমিৎ-থা

নুমিৎ নঙনা থোক্লি
মথৌ মশক খঙলদুনা।।

অহলগী মতম ওইবা লৈতনা
ৱাকুবগী কবি কান্নবা লৈবিবা?।

পুন্সিগী ইথৌ পাংজবা লাকপনি
নুমিৎ ঐদি অৱাব অকিবা লৈতবনি।

থাজ ঐসু অমম্বা খবদং ওইববসু
কোকহনবনি মালেমশিদা লেংলি পাল্লিবা নখোযগীদমক

অহিংগী অমম্বা ঐনা কোকহনবনি
ঐগী মঙালনা নখোযবু ঙালহন্বনি।

নুমিত্তগী মশেক মঙাল লৌদুনা
থাজ ঐসু নখোযগী মতেং পিবিবনি।

ইংনা মেংলবা থাবল অহিং চুপ্পদা,
শাবী শানৌশিংগী নিংশীং মিকুপ ওইনবা।

নুমিৎ থা ঐখোযগী মতৌসু তমজৌ,
কবিগী কখোকপা ঙমদ্রিবনো নখোযবু।

অমম্বা শকক ঙালহনবিবনি ঐখোযনা,
কাওগনুকো পৃথিবীদা লৈবিবা নখোযনা।

# চিনিচমপ্রা

কোচি পান্বী চিনি চমপ্রা
নহাক্কী লৈনমনদি যৌবরে,
হুন্নকখি মালংবনা নঙগী নুংশিববা লৈনম
পূক্কীং হুখি ঐগী থম্মোযবু।

ঙসিদি থিনবি কদাযদা শাৎলিবগে নহাকপু
ফংবা কৌবা লৈতে চিনিচমপ্রা কৌবী লৈবাং ও
কিদুনা লোৎখ্রববা অশুকপদা তিঙ্খঙনা খুন্নগা,
হেকখিগনি কিদুনা শাৎলিব্র অচীকপদা ?

খুৎশেমগী লৈবাংসু নচচদে ঐদি,
কন্না খঙহন্দনা ইদোম শাৎচবিবনি
পিজবি ঐগী নুংশিববা লৈনম
মাংহন্বীগনু লৈমাযথক্তা চোইজাইননা লৈনাশিং।

তাইবংপান্বগী মপূনা থাবকপনি ঐসু,
কবিগুম্বা খবদং তৌকন্নবা মালেমদা,
তম্বীকচো কখোকপগী শক্রোন মীওইবদা,
লৈবাংগী পুন্সি পিখন্নহন্বীগনুকো খাংঙুথক্তা।

খঙই লৈবাং ঐনা তাইবং লীচৎ,
অফবা-ফত্তবা কযানা পূনশিন্ননি
কন্বীযু হাযজবনি, থাদোকপিযু ফত্ত' ব্লাখল,
লৈবাংগী জাত্তা পোক্রবী ঐখোযগ অমত্তা ওইনা।

নুংশি লীপুন্না পুনহনশি ঐখোয মশেল
লৈনমসু পীজবি, থৌজাল ইবিক খিকপিযু,
পুন্নমক অমত্তনি চিনিচম্প্রা ঐগী ইফমদা,
নুংশিনশিকো, কাওনগুমশিকো লাংওন খুদিংদা।

# নিশা

মীওইবা ঐখোযশে ঙাওহল্লি
নিশা নহাক্কা ঐখোয পুন্নমক
শিজিন্নকব্বদগী কাওঙমদবী নহাকপু
থোইদোক হেন্দোকপা নঙগী নগুণ
থাদোকপা ঙমদ্রবা মহাও
মতম কযা মাংহন্দুনা নঙনা
নিশা কৌবী কাওঙমদবী নঙনা।

পাল্লবদা নঙগী তেন্না তাইবঙ ঐখোযদা
কব্বন্নসু থাদোক্কনি নিশা নহাকপু
নঙগী নমিং নঙগী মহাওনা চুখ্রবদা
কব্বন্নসু কাওগনি ঐখোযনা নহাকপু
চৎথোকখ্রো নিশা কৌবী শুমহৎযাই পুবী,
মাংহনবিগনু ঐখোয মীওই মপোকসে
কবিগী অব্বা ইপাক্তা লংথবিবি ঐখোযবু
শোকপীগনু ঐখোযবু মহু পুবী নঙনা।

তেল্লবা মীওই পল্পি মপোক্লি,
অমুকুসু ব্বাহল্লগেবা মীওইবশে
কবিগী নঙনা হু পাম্বী ওইবিবা
অদুঙৈ অঙাং ওইবিঙৈ
তাখি নঙগী মিংলেন, উখি শক্তম নঙগী
থম্মোযনা মশক খঙখিবনি নঙগী লৈনম
খঙখিবনি নঙগী শক্তিসু অকন্নবা,
চন্নবা ঐগী ব্বালখলা তশেং তশেংনা।।

অদুবু অদুক তমথিবা নতৌদু উকব্বগা
কিখ্রবা, তমথিখ্রবা গুন্না লৈতেংবা নহাকশে,
চৎখ্রো। মাঙখ্রো ঐখোযগী ইবক্তগী,
মুৎখ্রো মালেম অসিগী।।

## তুরেল

ইঙা ইঙেন থাগী নোংজুদা
পিক থন্না চেঞ্জবা মতম্নি
লাইজ-ঈশিংগী অরাৎপদি লৈতে
হবাও মথোই কাজবে লবুক লম্মাং
ঐঙোন্দগী পাথোবকপা লাইজশে
তাইবঙ জীবা নখোযদা খজিক্তং
অরাবা পিবি ইপাম্বাদা,
খুদোংথিবা পূন্নমক্তি নখোযনা থোকহঞ্জবনি
খংদববা নখোযবু
ইনাক্তা হৌবা উপালশিং
কবিগী যাম্থৎপিবি নুংশিহৈতনা
লোইবী চীংশাং নাপোমগী উপাল রাপাল
তেমথোকপী নখোযনা মখল মথেলগী খুৎলাযনা,
চাং নাইনা চেনজবম্বনি অদঙৈদি,
ইচেল তপ্লবসু চাং নাইনা
নিংশীংলকই নৌহৌননা মতমদো
চেম্থখি ইচেলশে খুঙ্গং কযা লান্দুনা
কোকহনখিবনি নখোযগী অবাম খৌবাংবা
লেপ্তুনা তৌবি ঐগী ইথৌ
চোকম্থবা লৈ ঐহাক মীযামগী সেবাদা
চেম্থবি অহিং নুংথিল, নখোযনা তুম্লবসু
চোক্থবা লৈতে, অরাবা লৈতে
ঐগী ইমিংদি তুবেল হাযনা খঙনবিবনি
ঐগী যেক্লবনি নিংথমথা, বশন্ত ঋতুনি
ঐবু মোৎহল্লি নখোয মীওইবনা
লেত্রিন, তোইলেৎকী থাদোবকপ ফত্ত-হাওদিনা
ঐবু লুন-নান্ন লৈহন্বদি নখোয' খুত্তা লৈববনি

ঐশে থবাযনি, ঐশে অমৃতনি
নখোযনা হিংবদা ঐহাক চংলিবনি।
মহৌশাগী লৈজবম্বা শকলোন কযা,
মাঙহল্লে নখোযনা ঙসিদি
ওইহল্লে যাঙ্গংলবী লাইজ কংলবী তুবেল।
ঐবু কম্বিযু অমুক্তদি।

# লাইওইখ্রবা ইপাও নুংশিবা

তাকপিবম্মী ইপানা ঐবু
লমজিংবীবম্মী হিবম খুদিংদ,
কদোমদা চৎকনি খংলুদে
ওইবক্কনি খল্লুদে ঐসু অসুম হাযনা।

চেৎনা থাগোনবিদুনা ঐবু।
ঙসিগী সমাজসিদা মতিকচাবা অমতং ওইনব
হোৎনবিবম্মী লাইওইখ্রবা ইপানা ঐবু

ঙসিতম্মক নিংশীংলকই নুংশিববা ইপাও
মতিকচাবা অমা হাযবদু ওইহল্লম্মী ঐবু।
কবিমত্তা কচচবা ঙমখিদে নঙগীদমক
ঈশিং খুজোক খবদং গঙ্গাদা চৎতুনা কচচকই
নুংশিববা ইপাও লাইওইখ্রবা নঙগী নখুযাচবন্দা।

হাদা পন্থৌ অপোকপা নহাকপু
হংগৎনা ফাওবা যেংজবা ঙমজখিদে
পন্থৌনা তাকপিবম্বা কযা ঙসিদি
নিংশীংলকই ঙসিমক ইনাক্তা লৈবিবোই নিংই।

খল্লু খল্লুবগা ঙসিদি নিংশীং নিংশীং কপচবা নত্তনা
ইচিন্দ চিনফা পুবদৌনা ঙসিদি মুকম মকম শোঞ্জবা নত্তনা
কবিনা কোলোয মিংলেন শোনজগনি পন্থৌ-ও
হাদ পন্থৌ অপোকপা নঙবু নুংশিব ও ।

তাকপিবম্বা পাওতাক্লা থল্লবা কযা ঙসিদি,
নিংশীংলুবদা তাখিবা খঙহৌদে মীৎলুদগী পিবাং,
শিন্থখিবা ঙসি ঐনা হাদ পন্থৌ অপোকপা
মীনুংশি চাওবা পন্থৌও নুংশিবকই খল্লু খল্লুবগা।

নৌহৈনা নিংশীংলকই ঙসিদি পষ্টৌনা হাযবিবন্দা,
পাওতাক কযা হ্বানবনা হ্বা ঙমদবা পোৎশি
কবিনো খঙলব্র "মহৈ লন্তনি ইচা ইবুংঙো"
কাওবা ঙমদে ঐনা শঙ শঙ উবি ঙসিফাও।

## কোকিল

নহাক্কা খোঙলি চীংযা তমযাদা
চেক্লা নঙগী খোঞ্জেল তারুবগা
পূক্লীংদা মওল মওল খল্লকই
হাদ চেক্লা নুংশিববী খোঞ্জেলনা শৈশকপী-ও।।

নশক নমিং খঙদ্রবী চেক্লাও।
কুহু কুহু কুহু খোংলকপদা
কন্নাগী পূক্লীংদা শুদ্ধংতবা ঙমগদগে?
কোকিল-ও শকউদবী খোঞ্জেল ফজবী।।

প্রেমিক প্রেমিকা অনীমক ঙাওনবা থা,
বসন্ত ঋতু-বাজনা লাকপদা নহাক্কা পীবি
অনীগী শৃঙ্গাব বসকী অপাম নুংশিগী,
থোইনা হেন্না ঙাওনবা থানা লাকপদা।।

উপাল-রাপাল অশং অমান্না পীক থন্না শাৎলকপা
নাকেল থাসু লোইখ্রবা অনৌবা যেন্নীং হুল্লকপকান
থোইনা হেন্না শুদ্ধংপা পুন্নৌ নৌবা যেন্নীং-থা
ফজবা নিংথিবা হাপ্পী নংগী শৈহেক্লা কুহু কুহু কুহু।।

অমবোমদা চেক্লা নুংশিববী নঙবু
অচিকপা থেংলবা অহিংদ খোংলকপদা
থেংলবা শৈহেক শৈবোলনা লৈকোলশে,
নুংশিববী খোঞ্জেলনা পুমনিল নিল্লি।।

হাদা চেক্লা নুংশিববী নঙবু কোকিল ও।
খোংউ তত্তনা থম্মোয পেত্রিফাওবা
চেক্লাও নুংশিববী কোকিলও খোংউ
কুহু কুহু কুহু হাযনা তোযনা তোযনা।।

## ব্রাখল

কবিগী ব্রাখলদা ফাওহল্লকই,
জগৎকী মবেম্মা কযানা ঐবু কোইশিনখিবা,
থোকখিবনি ব্রাখল অদুঙৈ মতমদা
থোকখিদ্রে ব্রাখল ঐশে হৌজিক্তি।

যৌবনগী পুন্সি, পুন্সিগী অযুক
ওইবিঙৈ অদুঙৈ লৌশিংনা মপুঙ ফাবিঙৈ
কাওখিদে থোকখি ব্রাখল লৌশিং
নিংশীংলি ঐনা নঙবু ব্রাখলনা লাম্বা ফংলিঙৈ।

লৌশিংনা মপুঙ ফাবিঙৈ, পুন্সিগী অযুক ওইবিঙৈ
ব্রাখলনা লৌশিং পিবিঙৈ, থোক্লকখি ব্রাখল
কাওজল থিবা মীওইবা, নুমিৎনা সন্ধ্যা ওইবক্লবদা
কবিগী ব্রাখল নঙনা কাওহনবনো?

থবক কযা কযা পাঙথোক্কনি খল্লি ব্রাখলনা,
নঙনা মপুং ফাবিঙৈ কবি অমুক হাযগনি
ঐগী পুন্সিগী অযুক ওইবিঙৈ লাকখি অফবা ব্রাখলশিং
নঙনা শেম্বনি, নঙনা হাপ্পনি ঐগী ব্রাখল,
ফত্তবা ব্রাখল খনহন্বীনু, পিবিযু অফবা ব্রাখলতা।

লৈকোনগী লৈনমগুম, ফজহন্বনি নঙতগী নগুন্না,
সনা লুপা পামজদে, নঙতনা ফাহল্লু লৌশিং পুক্কে।
হাপ্পিযু জ্ঞানগী ঈপাক, ওইহন্বীযু নিংশীং খুদম।

ব্রাখল নঙনা ঐবু পৃথিবী কোইহল্লি মিৎকুপ্তা,
ব্রাখলনা অম্রাবতী হৈকোন্দা চৎলুই।
কোনুংদা কোইকই শগোল অপাইবী তোংদুনা,
ফজবী বাজকৈন্যাগা কেকু লোৎপি শান্নকই।

# অচুম্বা

অচুম্বা নঙ লৈবিব্র ঙসি নত্রগনা লোৎখ্রব্রা ?
কিদুনা হৌজিক্কী ফত্রবা সৈতানশিংবু
হংনবে লৈবিব্র অচুম্বা হাযবদো ?
অচুম্বা নঙ অমুক্তংদি থোক্লককথো।

কবিগী পুবিবী ঐবু অবান্বা লম্বীদা,
অথেংবদা যৌবক্লুনা অবানবা কযানা কুপথ্রবনি ঐবু,
অচুম্বা নহাক লাপ্না চেনখ্রব্রা
কবিগীনো নহাক্লা ঐখোযগী ইনাক্তা লৈনিংদ্রিবা ?

যৌবনগী পুন্সিদা ঐহাক্লা থাজবম্মী অবানবা লম্বী।
মাঙলুববনি অচুম্বা হাযবশে ঐগী ইফমদগী
পুদুনা চৎখিবনি ঐবু হে অবানবা নঙনা,
ওইহনবীযু পুবিযু ঐবু অচুম্বা লম্বীদা তোল্লবা ঐবু।

পুন্সিগী শিং নানবা অফবা শাংলবা লম্বীদা
চৎপা ফংহন্বীযু, উহন্বীযু, তাকপিযু নঙনা লেপ্তুনা,
অফ-নুংঙাই, হিবা-মুক্তানা থল্লবা অচুম্বা লম্বীদা,
পংলবা ঐবু পুবিযু খুৎশমননা অচুম্বা নঙনা।

হৌথ্রবা পুন্সিগী অঙনবা শরুক পুন্নমক,
অমম্বগা লেঙ্গোন্নদুনা মকপ ওইরুবা
অহল মতম ওইবক্লবা মাংবা য়াবা মাংলবা,
পুন্সিগী অবোইবা মতাংশিদা অচুম্বা নঙবু থেংনববে।

# নুংশাগী মৈশা

খাঙবা ঙমদে ঐখোয
নুংশাগী মৈশাগী মবক্তা
খাঙলি নৈত-লাযববা কযা
অরাবা মৈশা খাঙদবা যাদবনা।

কৈথেলগী চিদাযদা ছাতিন অমা তুপ্তুনা
লাইবক থিবী কন্নাগুম্বী অমা
যোল্লি মনা-মশিং খবা মাংদা থাবদুনা
লাইবিক থরায যাওবা মচা অমগীদমক।

অহল ওইববী লাইবক থিববী মমাদো
কযা রানা মচাগীদমক খন্দুনা
চৎখিবনি অমম অঙান ঙাইঙমদনা,
অশিংপা খবদংবু যোলহৌববদি খন্দুনা।

মীমান্নবা ঙম্নবা হোৎনবা হাযবসিনা,
অহল ওইববী মাগী অমত্তা ঙাইববা রাখলনি
মপানা নৌনা হুন্দোকপিবম্বা মচাগীমক,
লুখ্রাবী মচা ওইববসু, মকপ মপিজাদগী তাহন্নিংদে।

নোংমতসু লৈকাইদা ফমদুনা,
নৈত-লাইব রাবী শাখিদে, খঙহল্লমদে মমানা,
তৌফম থোকপা মথৌ শুফম থোকপনি খন্দুনা,
মচাগীদমক খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা অরা-অনা কিদনা।

পুন্সিদি থবক্নি, কন্নাদা রাকৎলুনি নৈত-লাইবগী,
হোৎনবা তাবনি মচাগীদমক লুখ্রাবী মমানা,
নোংমদি শোইদনা নুংঙাইবকখিনি, অসিনা আশানি,
মচানা অচৌবা থবক তৌবক্লগা।

## ৮৩/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

খল্লুবদা নুংঙাইবা ফাওবম্মী মপুক্লীংদা,
অসিবু নত্রনে খল মান্ননা চৎমিন্নবা,
পুন্সিসে খুবাক খুনম নতব্রনে?
নোংমদি নিংজবশে শোযদনা থুংগনিদা।

মীনাই ওইবম্বা মহাক্তো নোংমদি ওইবক্কনি মপু,
চেহ্থবিবনি লেপ্তনা পুন্সিগী ঈচেল,
পিনহৈবা ঈশ্বরনা তোল্লবী পাঙ্গল শোল্লবী মমাবু,
নুংশিবীদুনা মচাবু মায পাকপা ওইহনবীগনি।

# নুমিদাংৱাইরম

পূরীংদা খল্লি মওল মওল,
নুমিদাংৱাইবম অমদা ঐনা
চৎলুই মফমদুদা ওঙোক্লা ৱানা,
খংনিংদুনা উন্নকই মাগা মফমদুদা,
লৈবক্মী ঐনা উন্ননিংবা মীশক্তো।

লম্বীগী চিদায অমদা
শান্নখি ৱাবী মথল মথেল,
অমাং অতোংগী
নুমিদাংৱাইবমদা ধুপ থাওমৈ থাদুনা
অযুক নুমিদাং খাযদনা

চাবা থকপ চংদনা, অৱাবা খাংদুনা
লাইবিক পাবিবা ঙসিগী মহৈবোযশিং
হযেংগী মায পাক্লনবনি।

নুমিদাংৱাইবম খন্নখি মকুপকা,
মহৈ মশিংগী লমদা—
অকনবনা অচুম্বা শকপগী—
মবালনা মপোৎ ফাববশিংগী পোৎলুম,
সমুদ্র ইবোলনুংদা।

অচম্বা পুন্সি হিংবদা ৱানবে,
নম হাদুনা লন পাযনবা হোৎনবি,
শক্তিনা নিংথৌ সিংহাসন মুন্নবি,
ৱাজাও ঙাংবা ঙাক্তা ঙাইখ্রে,
অমনা ঙাংবা অমনা শিংথানদ্রে।

## ৮৫/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

মালেমশে নমথবক্রি,
লৈতেং পূম্বা মাংখ্রে
মৈঙালসু মমি শামলক্নে।

নুমিদাংৱাইবম খুদিং
মথা শাবি ঐ অফবা অহোংবা অমগীদমক,
হযেংগী অবংবা অযুক অমগীদমক।।

## ছাত্র ওইরিবঙেদা

ইমুংশিদা অৱাবনা খম থেংলবা,
চৈথেং কযানা থেংলবী হিদেন্দা
তুবেলগী ইচেল কযাসু তাববি
লোক্তাক তন্না চেম্থখিবা তুবেলগী ইচেল।।

ছাত্রগী পুন্সি অদুম লৈয়ু হাযবা যাদে,
মমা-মপা অহল ওইশিল্লকই খান্বা যাদে
যুম কৈ পানবগী মতম ওইবক্রে— হাযনবক্রে
শেমগে ইচাশা মতম্না ফবিঙে।।

থবক ইনখাং তৌবগী মবম্না
থোইনা হেন্না উনবে, অৱাবা থোইনা খল্লুদে
অহলশিংগী পাউতাক লৌনবিঙে মতমদো
নিংশিংলকই মীযাম চল্লক্রবা মতমসিদা।।

লৌখিবম্মী পাউতাক কযা ইক লুকথনা
মতমদুগী ভক্তি, নোল্লুকপা হাযবা ইনবা,
মচা ওইবতা নত্তনা লাইবিক লাইশু নিংথিনা খংলবা,
ওইননবা হোৎনবা ছাত্রগী পুন্সিদো

তমখিবম্মী মতিক মগুন লৈববা মতমদুগী কোলেজ,
দি এম কোলেজ, ইম্ফালদা যং য়ং লাওবা ছাত্র
ঙসি ফাওবদা তমমিন্নবা এলুমনি পুন্না অমুক অমুক উনৈ,
ছাত্র ওইবিঙে মতমদুগী ঐখোয মশেল অমগা অমগা।।

চহি কয়াগী মমাংদা উন্নখিবা শক্তমদো
ওইবিবোইদা খল্লি উন্নবদা ঐখোয মশেল মকপশিং
ইকাই কাইদ শকফম কযা, কৌনৈ ঙাংনৈ নুংশিননা
অদুম চৎনখি মশাগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লবা।।

## ৮৭/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

ইম্ফালদগী খজিত্তং হাযথবগা লৈবনি ঐসু,
মতমদুগী ছাত্র ওইবিঙে পুন্সিদো খল্লুবগা' কিবা ফাওই
লৌগী থবক শুবা লোইবগা কাখিবনি কোলেজ,
কোলেজগী পুন্সি মতমদুগী ছাত্র ওইবিঙে।।

হৌজিক হৌজিকমক শুক খবসু হিংলি,
মখোযগী শক্তম তম্বীবম্বগী মওং ঙাংবা শকপা ইংবেজী,
নংঙাইজে তাবদা ফাবম্মী পাবা কযা যুমদা,
লেন্টণ পুদুনা চৎনৈ খঙদবা কযা হংননবা, ওজাসু লৈবমদে।।

## তৌফম খঙদে

তৌফম খঙদে ঐ
হাযফম খঙদে ঐ
নোংসু ফুদিং ফুনা চুই
নোংলৈ নুংশিংসু কন্না শিংথলি।

থবক চংকদবা কযাসু লৈ,
নোংলৈ নুংশিং নোং চুবনা
চংখিদে নুমিংতুমা
মাঙ্গোলদা অমুক থোকই
ইমুংদা অমুক চংই।

হৈনিংবা ঝাংথলি, তৌফম খঙদে
লাইবিক অমুক যেংই,
ঙহাক অমুক ফম্মী
মাঙ্গোল-ইমুং অনীমক্তা,
নুংশিনা অমুক লকনৈ অঙাংশিং।।

মকুপ কযা উন্নশি হাযনখিবা
ঙাংনখিবা কযা, নুংঙাইববা ঝাবী শান্নশি
টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা,
শোযনখি নোংমদুগী অইং-আশানা।।

নোংলৈ নুংশিং নোংজু মাদি
খবদং ঝাংলবসু চুখিবম্মী
কুম হৌবোই ঙন্না খল্লুই
তৌফম খঙদে নুমিত্তু 'ঐ'

পুক্লীং পুন্নাং লাংখি 'ঐ'
তৌফম খঙদে ঐ ঙসিগী
অইং আশাগী মবক্তা নোং চুবা
অঙকপনি অওনবা, অহোঙবা,
তৌফম খঙদে —ঐ

## লাইবক

লাইবক্তা তন্নম্বনি মহাক
অফবতা খল্লুবা যাদে
অফ অফবা ঐগীনি,
অন্নাব খুদোংথিবা কযামসু
লৈতবা নত্তে পুন্সি খোংচৎসিদ
যানশিন্নবা পুন্সিনি মীওইবা।।

খুদোংথিবা কযামসু নংদবা নত্তে,
নুংঙাইথোকপা মীওইবা পুন্সিনি
ঙসি হৌখিনি হযেং অমুক লাক্কনি,
নহা ওইবম্বা কযা অমসু অহল ওইবক্কনি,
লাইবক্লা পুবকপদি নত্তে অওনবনি মতন্না,
ঐসু মাসু লুপখিনি মতমগী ইবোলনুংদা।।

ঐগী মাগী লাইবক তিন্নবা তিন্নদবা
লৈমিন্নখি ঐখোয মখোযগী পুন্সি
মসিমসু লাইবক্তা তম্নম্বা নত্তেদ
মশক নাইবা অমবগুম্বা মীওই কযানা,
হাযবম্বা, তাক্লম্বা পাওবৌ পাওতাক কযা
লৌদুনতা লৈবিদো ঙসিফাও হাযবম্বশিংদো

ইবোন্নুংদা লুপখিগদৌবে ঙসিগী চৎনবী।
মৈতৈগী চৎনবী কহি কযা কযাসে।
যেংলবনি অচুম্বা নিংথিজবা কযা অমা।।

লাইবক নঙননি হাযবসি যাদে,
তাযনদসু যাদে, ঙসিগী পুন্সি হযেংগী অন্নাবা
কবিগী থম্মোয, কবিগী ঙাংলি, ফজবা, অথিবা,
মসিনি ঐগী লাইবক্লা তাক্লিবসে
তাইবংপান নখোযসু ঙসিদি পংঙাংদ ঙাংবা,
লাইবক্তা তাইনবা ঙাক্তা যাবোই।
অচুম্বা ঐনা যেংলিবনি, ঙাইবিবনি।।

# ইম্ফাল তুরেল

কৌব্রু ইপাদগী হৌবকপা
পুকচেন তপ্পী ইম্ফাল তুবেল-ও
নঙগী নশাইগোন্দ খুন্দাবিবশিং
অৱাবা কযা ঙাকতুনা চেলহনবীবীবা

লোক্তাক তম্না চেম্থবিবা তুবেল-ও,
পুকতপ্পী হাদ ইম্ফাল তুবেল ও,
নহাক্কী ফজবী শক্তমদুনা মীওই
কযাগী পুন্সিবু কনবীবিবা ইম্ফাল তুবেল ও।

কুইব মতমদগী হৌবকপী তুবেল-ও
পুকতপ্পী ইম্ফাল তুবেল শকহেন্বী
নমানবীশিংগী তুবেলদগী তাদবী
ঐনা শিংথাবদা লোইববোইদবা শকহেন্বী তুবেল-ও।

নঙগী লাইজ ঈশিংনা মণিপুব সনা লৈবাক,
অৱাবা কোঙ্গায কনবিদুনা খুন্দাবিবশিংদা
কান্নবা কযা পীদুনা ঙসি ঙবাংতগী ওইনা
তৌবা নত্তে ইম্ফাল তুবেল পুকতপ্পী-ও

শিংথাবদা লোইবা নত্তে নহাক্তি শকহেন্বী-ও
ইম্ফাল তুরেল শকহেন্বী ও লোক্তাক তম্না চেম্লিবী ও।
ফজখ্রেদকো নহাকপু তুবেল ও শকহেনবী ও
থাবদা মৱাৎলবনি ইম্ফাল তুবেল শকনৌবী ও।

তুবেল ও শকনৌবী ও মথি ফোংদোকপা মতমনি
অকিবা শকলোনসু পুদবদি নত্তে নহাক্তি,
কবি অমুক হাযগনি ইম্ফাল তুবেল শকহেন্বী
নঙগী নতৌ উবগা ঙসিদি পুক্লিংসি ইনৌ নৌই,

## ৯১/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

হাদ তুবেলও শকহেনবী ও কোলোয মীংলেন
নিংথিব ও নহাক্কী পৃকচেল তল্পী উবগা
তমজনিংঙাই ওইবিদো তাইবং মীওই খুদিংনা
হাদা ইম্ফাল তুবেল শকহেন্বী-ও।

## ৯১/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

হাদ তুবেলও শকহেনবী ও কোলোয মীংলেন
নিংথিব ও নহাক্কী পৃকচেল তপ্পী উবগা
তমজনিংঙাই ওইবিদো তাইবং মীওই খুদিংনা
হাদা ইম্ফাল তুবেল শকহেন্বী-ও।

# অৱাবা মচা

কনা লৈজদ্রব ঐহাক্পী,
ইমা ইপা অনীমক খঙজহৌদ্রে,
ঐনা হেক জ্ঞান তাবকপদা,
লৈবমদ্রে, খঙজহৌদ্রবা মবি মতা
কনামতসু হঙবীদে ঙসি ফাওবদা
থীবিবক্তে মবী মখোঙ ঐবু।।

লৈতবনা হেঞ্জিনব পুন্সিদো ঙসিদি,
থেঙনববে খঙহন্বীবে অৱাবগী মশক,
জ্ঞান খব তাবকপদ হনুবী অহল অমা,
লৈবম্মী ঐবু যোকপিদুনা শেন্নবীবম্মী,
মমিংসু অবোক কৈন্যাতোম্বী কৌই হাযনৈ
মগু ঐবু কোনবীবম্মী লুনা চান্না মহাক্পা
ঙসিদি কদায মহাক্তো লৈখিদ্রে।

অৱাবনা থল্লবা পুন্সি ওইনা লৈহৌবে
ঐনা পুংকক চাওবকপদা উপায লৈখিদে,
ইমথিসু উদে অৱাবদা অৱাবা হাপ্পীবা
হে! ঈশ্বৰ ইবুংঙো নহাক্পা কনবিযু।।

থৌজাল হৈবা হনুবা নুপা অমনা,
ঐবু লাইবিক লাইশু তমহনবীদুনা,
লমজিং লমতাক পীবিবম্মী,
মানা ঐবু পুন্সিগী লম্বীদা
ইপা শকলবা নহাকপু উজবা ফংদ্রে ঐতনা।
কনবীযু ঙাকপিযু তোল্লবদগী তোল্লবা
অৱাব নচা ঐবু।।

# মুর্তি

স্না মানবী মুর্তিগুম
লৈকোল শঙদুনা লৈবক্লবা
স্নাগী মচুদ লেপ্তুনা
লৈবক্লী লেপ্তুনা ঙসিফাও।

তাইবঙ মীওইবা নখোযশে,
অফবা লাইপোকসু যাওদবদি।
নত্তে নখোযগী মবক্তা ।
মালেম পৃথিবী শীনবা থুংনা।

ফাওখিবা মহাপুরুস কযাসু,
মীওইবা জাতিবু অরাংবা থাক্তা,
পুখৎপিখি নখোযবু মখোযনা
হে পুকতপ্পী সনা মচুগী মুর্ত্তি-ও।

ঐদি লৈকোল শঙদুনা লেল্লি-এ
নখোযগী নতৌ উরুবগা ঐহাকশে
কিজে ঙসিসু নখোযবু উরুবগা
অকাযবা অতোযবনা থল্লবা মীওইবা।

পুক্নিংগী মহাও থোক্লবা।
মীওইবা নখোযনা প্রকৃতিবু
মাংহন্নবা হোৎনবি লেপ্তুনা।
অসিবনে নখোযবু চাওখৎপ হাযদো।

ঈশিং-নুংশিৎ, অরা অনা।
অকি-তুজং কযা কযানা,
থল্লবা ঙসিগী মালেমদা
যেংলি ঐদি নখোযগী নতৌদো।

লেপ্তুনা ঙসিসু লেল্লগে,
লৈকোল শঙবা মালীগুম
লৈহৌবগে ঐদি মিৎ-কুপ্তুনা,
শেংলি তাইবঙ মীওইবা নখোযগী

ঐদি ঙসিসু শেংলি
তাইবং মীওইবা নখোযগী,
নতৌ উবস্বগা ঐনা
লৈজনিংই লৈকোলসিদ ইংনা লেপ্তুনা

# মচিন মনাও

তাইবঙ মীওইবগী চৎনবী,
খোঙচৎ কাযদব মখৈ,
চেপ্তবি তুবেলগী ইচেলগুম
হৌখিবশ্মী মতম মাগী খোঙচৎসু।

ঙবাংতা ওইববোই নীংলুবি
মপা মমা ওইবা ঐখোযগী মীৎর্তদি।
চেন চোংদুনা শান্নজবম্বা, নাওথি শাজবম্বা,
উবি ফাওবি ঙসিগী বাখলদা।

তোঙান তোঙানবা ফুরুপকুম,
শাগৈগীগী মচিন-মনাওগুম লৈখ্রেদো,
ঙসিদগী হযেং, হযেংদগী অসুম অসুম
শেমখ্রে মাগী মাগী মহুম লৈননবা।

মসিনি তাইবঙগী চৎনবী কহি।
কাযবা যাদবা ঈশ্বব মাগী থৌশিলনি,
তোঙান তোঙানবা শাগৈ-নাতৈনি,
ইচাশিং, ইশুশিং, মপু-মবেল পূন্নমক।

কাওনখ্রে ইচাগী ইমৌশিংনা মকু-মনেম,
সেবা কযাদো কাওথোক্লখ্রে
মপা মমা শক্লবী মকু মনেমগী সেবা,
মসিসু তাইবঙ মীওইবগী চৎনবীনি।

মীওইবগী খোঙচৎ কাযবা যাদবগুম
অফবা কযাসু যাওদবা নত্তে ইচা-ইমৌশিং,
নুংশিবীবা থৌজালগী মঙাল ফংবা যাওবি,
মালেম মালহৌহনবা ঙম্বা মযোলশিংসু চোংলক্রি।

## অথেংবা অহিংদ

লাক্লগনু কদৌবগে নহাকপু,
নিংশীংলবো হায়না খল্লবনি
মগুলান্দ হেক হেক উৎলবনু।
লমযৌনা ঙাল্লবী নঙগী শক্তমদো।

অকিবা ঙাক্তগী তমথিববা শক্তমদো,
নোংসু খাক্লি চুবি লেপ্তনা
মকুসু খোঙলি কু কু তেঙথাদুনা,
উৎলবনু নঙনা ঐবু লক্লগে খন্দুনা।

অকিবনা থল্লবা মমক্রবা অহিংদো,
শুকলবা চীঙ্গোল অমগী মপমনি,
ঐনা ছাটিন অমা তুপ্লদুনা
লৈবিবা যুমদগী মপান্দা মঙওই থোবক্রম্মী।

জ্ঞান তাবকপা মতমদদি
তশেংনা অকিবা ফাওবক্রম্মী
তু-খ্যাও চুলম্মী থক থক নিক্রম্মী
কবিনো হংজবম্মী ইদোম তুমিন্না।

ইতোমতা মুকুম মুকুম শোল্লমই
তপথখো থম্মোয নঙসু কিঁখিনু
কবিগী লাঙতক্লবি ইদোম তুমিন্না
উৎলগনু মাযথোঙ ফজবী শক্তমদো।

# নচাদি নচানি

লমদমসিদ লৈবিবশে নচাশিং ঙাক্তনি
লম্লানবনি খনবিনু ঐসু মাসু
ইমগীদি নচা ঙাক্তনি ঐখোয
ঈ মচুসু চপ মান্নবা।

পলেমগী নপাবি নমোম ওইবক্লিবা ঙাক্তনি।
লৌশিং থযোল যেন্নীং হুনলক্লি লেপ্তনা
লৌশিং শাবেপসু ফাবক্লি পলেমগী বব ফঙবদগী।

নচাশিংনা লাউবি ঐখোয পুল্লসি।
খবনা শেন্নী ফুকপকী শম্বল,
নাৎ ধর্ম্মগী খববা মীৎযেংদা
কায তোইববা হযেং অমগীদমক।

থৎনবি চৈনবি ঙমখৈগীদমক
মালেম লৈমাযথক্তা মৈবীনা জগোই শাবকই,
ঐখোয মশেল শেন্দোং তান্নবি
যেংশি তমথীববা মালেমগী থৌবি চিংনবিশে।

পৃথিবী ইমা নঙগীদি মচা ঙাক্তনি।
জীব নত্তেনে তোঙানবা গ্রহগী।
লেংবীবো ইমা 'চুমথাংগী লিক্লাং'
খেন্নবা মচুনা অমত্তা ওইনা।

## ঘড়ী

থেংলবা অহিংগী মতম্নি,
মীচিক মীবাওখোল তাখিদ্রে
নাখোক্তুনা নুংভাইনা তুমখুন তান্নখ্রে
ইমুংগী মীওই খুদিংমক—
ঐগা লৈমিন্নবিবা হায়ববু ফকলাংগী ঘড়ী নঙওনি,
তেক তেক লাওবা খোঞ্জেল অসি নত্তনা,
অথেঙবা অহিং অদুদা তাবা ফংদে কবিমত্তা।

মেবা থাগী পুর্নিমা নুমিৎনি।
নিংশীংলকই কাযনখ্রবা মাবু অমুক হন্না
হে ফকলাংগী ঘড়ী ঙহাক্তংদি লেপখোগবা নঙনু।
ঐবু অমুক্তংদি চাক্না পোথাহল্লোগবা!

ঐগা নঙগা ঙহাক্তং ওইববসু
পুকমেন পাওমেন্নথিসি মকপ-মপাং ওইনা
ঐ-নঙ তাইবং ফম্বাক্তা লীলা যাওবিবনি,
কবিগী হাথু হাথু চৎলিবগে কনা তাক্লমদনা।
হে ফক্লাংদা যাম্লিবা ঘড়ী ও।
অমুকসু খিঙলি গোঙ গোঙ, তিক তিক

ঐসু মাগী লেপ্তবা খোঞ্জেলগী তাশ্বাদা
ইখিবম্মী কবিনো অমা খোজৈ পাযদুনা খোৎলল,
মৈসু মুৎখ্রে, ইবসু লোইবে তাঞ্জাদো।

## মৈত্রবাক

নুংঙাইবরা ইবৈবাক মীতে লমদমসে
মীনুংশি চাওবা অকনবা পোকপী ইমানি,
হিবম খুদিং ৱাত্ত পাদবী ইমানি
চাযোক নাওযোক ফজবী ইমানি।

তোল্ল তাববী কযাগী মমাসু নহাক্কী,
মীথোই মীহেন পোকচবী মিংচৎ উবোং খিল্লম্বীসু নঙনি।
কাওজল থিবা মীওইবা কবিগী পলেম পঙ্খৌবু,
কাওবগে নখোযনা, পলেম যোকচবা পঙ্খৌ মাসু যাওবিদো।

ইবাবোৎ টিকেন্দ্রজিৎ, পাউনা, থাঙ্গাল
লিঙ্খোইঙম্বী, থোইবী, লাবিম্বীগী শকলোন পুবী কযা কযা
অথোইবা মাইচৌশিং থেঙ্গ্না, লুখোই, খোঙনাংথাবা
নঙগী নচা ঙাক্তনি অকন্বা পোকপী পলেম-ও।

পলেম্না থোনবীবম্মী নিংথিববা চবৈ ফীজোল কযা,
ৱাৎপা লৈতে স্না লৈবাক্লি
মীতোপ্পা হাযজিল্লক্কুনা ইমাগী হিংগোন্নুংশিদা পূমচায চাযহল্লে,
যুমদাংবনা কৈন্নাবা, মীতোপ্পা হেন্না নৱাংখবে।

কপচবা নত্তনা ইমানা কবি উপায লৈবি?
পলেম্নদি ইচাগী ইচা ঙাক্তনি, খন্দুনা যোক্লিবনি।
খৎনগনু, শাওনগনু, থেমজিনবা পূকচেল অসিতনি,
পলেম নুংশিবীও কাওবা ঙমলোয মপোক মপোক খুদিংগী।

মৈত্রবাক্কী' মৈত্রবাক্কী ইমাগী কোল্লোই মিংলেন্দি
মীবমলেনগীনা স্না লৈবাক অথোইবী কৌইদো
অৱাৎ-অপা লৈতে ইমা নঙগী মহৌশাগী শ্কতম,
হে! ইমা নুংশিবী 'ও' কাওজৱোই ফজবী নহাক্কী যাচোক-নাওযোক।

## জন ১৮ না লাকপদা

ইঙা থাদি কপচেৎপী
নোংজু থানা লাকপদা
ফুইনা হৌবা নোংগী মবক্তা
নঙবু নিংশীংগনু যাদে
জুনগী ১৮ কুমজা ২০০১

নুমৎ অসিনা লাকপা খুদিং
নিংশীংলকই নখোয ১৮
হৌখিবা চহি কযাগী অনীথোকপী
পূনশেল্লে হন্দক চহি ২০১৩ দগী
AMUCO-UCM
পাংথোকমিন্নরে
থৌবম অমত্তা ওইনা।

কেক্রু পাংকী পাংপান্দা
নখোয ১৮ গী সমৃতি
উকন্বদা থম্মোযদা ফাওবকই,
লৈবি ঐখোয়গীসু মপাবি মমোম কযা
মমা লৈবাক নিংবা

মমা লৈবাক্কী লমখৈ ঙাক্লবা
থরাযনা পোল্লা ওইখ্রবা
"হিংজগে নঙগীদমক,
শিজগে নঙগীদমক"
রাশক্তা লোইননা চোংশিনখিবগুম
পৃথিবীগী লাঙ্গাও অমনা লাকপদা।

মমা লৈবাক নিংবগী
চাংযেংনি নুপী লান ১৯৩৯
অতোপ্পা চাংয়েং অমনি জুন ১৮, ২০০১

মসিদি মথৌ শণ্ডবনি
অগনি পবিক্ষানি
কদায় ফাওবা মমা লৈবাক নিংবগে হায়বদো,

ইম্ফাল তুলেগী ইচেলগুম
লেপ্তনা চেম্থবক্কনি
লেপ্তনা পাংথোক্কনি জন ১৮ খুদিং
"UNITY DAY"
মসিনা নিংশীংহনগনি ঐখোযগী অপুন্বগী শক্তম।

মীওই কযানা মমালৈবাক্কীদমক
থব্রায কৎলি
অদুগা
মীওই কযানা মশাগী নুপী হাৎলি।
কযা অমনা বেপ তৌবী।

নুপী কনা অমনা
পাঞ্জিগীদ অনাবা ফনবা
লাই খুকুমদুনা লৈখিবদগী
মাগী নুপানা থৌবি যান্দুনা শিজবি।

অমবোমদা
জনু ১৮ না লাকপদা
মন্ত্রিনা শন্ত্রিবু থাজদবা
মন্ত্রি, এম এল এ না ঠিকাদাব ওইবা,
শাজিন্নবা certificate না MBA নি হাযজিনবা,
ড্রগ লক্লোম্বনা ইকাযখুম্নবা লম,
জুন ১৮ নঙনা লাকপদা
পুম্নমক অসিবু পুদুনা চৎখ্রো
হযেংগী কোবৌনা খোংদোই হুক্লকপদা,
অমোৎ অনৈগী কংলৈপাক
অনৌবা কংলৈপাক অমা ওইবসনু।

সনা লৈবাক মণিপুব
কোম্লোই নঙগী মণিপুব
জুন ১৮ গী থৌদোক
নিংশীংদুনা ঐখোযনা
নখোযগী খুযাখাদা কচচবি,
শ্রদ্ধাঞ্জলি লৈবাং খুদোক অমত্তং
লৌশিন্বীযু লৎনবা লৈতনা

# লাইদি পৈশা শেগায়বা লৌই

যাম্না চাওবা লুহোংবা অমা চৎলি
মন্দিব মযোন অমসুং ভাবক অকোয়বা
খুকম্বদা লুপা ১০ চৎপী ১/১ মম
যেন্নবা অবাংফমদা লুপা ৫০০ কাইহল্লি।

অবাংফম্না ৰস্থ গী নোট ৫০ পিবক্রে।
ঐসু শেগায লকখাযবা যাওব্র হাযনসু যেংহৌদ্রে,
লুহোংবা অদুদা নোট ৪৮ যেম্থোকখ্রে
লেমহৌবা ২ অদুদা অমদি মনমদা
প্লাষ্টিক নপ্পা ওইবম্রে

কববা চৎহনগনি পৈশা শেগাযবা,
ঐহাক ঙহাক খল্লি।
পেট্রোল পম্পদা ২১০ গী থাও হাপ্পি
নেপালি নুপা মচাদুনা সাব লু ১০ সি শিন্বীবম্মু হায।

অসুম্না লুপা ১০ অদু বেঙ্কতা
ওম্থোকপা চৎলগে হাযবসু,
গাড়ী থম্বগী লুপা তবা পিদবা যাববোই।

কবম তৌগনি লুপা তবা
মাংহন্বদি যাদে খন্দুনা লৈ

তর্পন কৎনবা মতম যৌবক্রে,
ঐজ্ঞা গুনচন্দ্রগী মহাপ্রভু লেঙলক্রে,
ওজা হেমোচন্দ্রগী উশব কৎপা নুমিত্তা,

ঐনা শাংলবা পবেং অদুগী
মবক্তা লেপ্পুবে, লৈ কৎননবা
অবাংফম্না লৈ তাঙ্গা অমা পিবকই

ময়াম ইন্নবা মবক্তুদা লৈকথলি
লুপা ১০ সু কৎলগা মহাপ্রভুদা খুবম্মী।
নোকফেৎ তৌবগা গোবাঙ্গঁ প্রভুনা
লুপা তবাচৎপী শেগাযবা লৌহৌবে।

# কবিরাজ মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

নত্তে মাধবী উপন্যাসকী বাজেন্দ্র
মসিদি ওজা প্রমোদিনিনা পিখিবা মিংথোলনি
ফৈজোম পূময়াৎ শেৎপা
গেব্বা মচুগী তুপ্পি উপ্পা
তেম্থাগী অহল হাযনা খণ্ডনবা,
গুনচন্দ্রগী গুরু
ইমাখোলগী মপা মিংথোলসু ফঙথ্রবা।

কন্না নত্তে মথব্রায নুংঙাইখিদবা বাজেননি
নোংমা মথায নুংঙাইখিদে
মোইবাংথেম বাজেন
পাউ হনবা চৎলুবদা
নুপী চেল্লকপা অমগী
হংঙি নুপী মযুমগী অহল অমনা
—কবি লমনোয
খুমমী বাজেন্না
—তেম্থানি,

হাযবকই অহল অদুনা
তনখ্রেদা লমদমদুদবু
মথায নুংঙাইখিদে বাজেল।
মহাক্লী কবিবাজ বাজেন্দ্র,
শৈবেং নিংথৌ বাজেন্দ্র
বাজেননা ইবা (নুংশি) চিঠি
লোযনবীনা থম্মোয পেৎখিবা,
লোযনবীনা হুকপা কুন্দো পবেং,
বাজেননা থবায তাখিবা ।
মহাক্লী কবিবাজ বাজেন্দ্র

লেংজুমদা ফীগী খাও
খাও মনুংদা খুৎপায় (নোট বুক) অমা,
লেপ্পা লৈতে সাহিত্যগী থৌদোক ৱাথোক,
মীনা পিবকই সাহিত্যগী বার্ত্তন,
হাপচিল্লি খাওদা,
ইশিল্লি নোট বুক্তা থাবাল
চিত্থদে সাহিত্যগী থৌবমদা বাজেন।

বাজেনগী যুমদা শেম্বা
৪০০০ গী মথক্তা শৈদোংলখি কুম ১৯৯৯ দা
মহাক্তা অতিথি হায়নসু মিংগৌই
শেম্বাংশিংনা পবেং পবেং তোংবগী
ফজবা অদুদা বাজেন্না চাউথোকচৈ,
নাপল মচা অমগা লোইননা হায

"শেল পাযবা, লনা লৈবা
সঙ্গ লৈবা লম খুদিংদা
ঐহাক মীমান্নবা ঙমজদে
অদুব,

শেম্বাং যাম্বদদি
শেম্বাংগা সঙ্গ ওইবদদি
কনা কনানো লাম্বা তৌনসি,
টাটা, বিবলা, মহিন্দ্র মহিন্দ্র, অম্বানি
প্রাইম মিনিষ্টব, চীফ মিনিষ্টব প্রসিদেন্ট
ওইনীংবা ওইসনু
ঐগী শেম্বাংগা মখোযগী শেম্বাংগা
মশীং যাম্বা তান্নজগে।"
শান্তিগী পাউজেল পুবা বাজেন্নি
শেম্বাং চাম্মা চাম্মগী শাইদাংফম
চীকলবা খুঙ্গংগী লমদম অদুদা

## ১০৭/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

লৈবনি কবিবাজ বাজেনগী
পীক্রবা খাংপোক
হৌবকফম্নি মাগীদি কনাসু খঙবীদা
ঈবোলনুংদা লোৎতুনা লৈবিবা
মণিগুম চীংযাদুদা নাইতোম ঙাল্লিবা।
মসিনি বাজেন্দ্রগী লৈফম।

পুন্সি লম্বীদা চংশিল্লি হবি ভক্তিদা
থৱায লুপখি দিভাইন লাইফ সোসাইটিদা
নৈনখি গীতাগী খন্দ ১৮ মকপু
পাজবগা লেঞ্জখি শ্রীমদ্ভবদ গীতা
হৌজিকসু লেপ্পা নৈতে হবি ভক্তিগী লম্বীদা।
মানা থাজৈ
If rose be in your heart,
you will be a rose

# জননেতা ইরাবত

জননেতা ইবাবত ইং কুমজা ১৮৯৬
সেপ্তেম্বব ৩০ দা খোঙদাবকখি তাইবঙদা।
জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস সেবেন (১৯১৩)
তম্লবা মতুংদা মমিং লৈববা ধাকাগী স্কুলদা
ক্লাস নাইন (১৯১৫) তম্লগা লোইশিনখি,
মহে মশিং তম্বা
শৌগৎপিনবা লৈতবনা ইবাবত?

ত্রিপুবাদা মতম খবা লৈববা মতুং,
অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও,
নিংতম্নবা ভাবতকী ইহৌসু হৌবম্মী
খোঙজং লোকমান্য তিল্লক্কী স্বাবজগী পাউজেল

অঙকপা ফংনা কনশিল্লকপা মতমসুনি
ইবাবতকী ব্রাখলদা ফাওখি
মবৈবাক মচাতিগী স্ববাজ ফংনবগীদমক।
১৯২০ দা হৌবক্লবা নৌহৌনা ইহৌ
ওইববখি মৈতৈ জাতিগী অকব্বা তাঞ্জা।
ইবাবতকী পিথোবকপা গুন অঙকপনি
মীৎযেং শান্না উবা ঙম্বা নেতা ইবাবতনি,

কবি ওইবগী গুনসু যাওবকই মঙোন্দা।
মমাবোল সাহিত্যবু নুংশিজবা
ইহান হান্বা মণিপুবী চেফোঙ "মৈতৈ চনু" (১৯২২)
ফোঙখিবম্মী ইবাবতনা।

শান্ন-খোৎনবগী লমদসু অঙকপনি 'ইবাবত'
মৈতৈগী লেমজববা মশান্না 'কাং'
থবায যাওনা শান্নখি।
কাংগী চেকফৈ তানবদা মমিং লৈবা শান্নবোইনি।

১০৯/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

শাগোল কাংজৈ, মুক্না
শবিং-শাবা পামজনা পুখৎলম্মী।
শাইবোং কাপ্পসু মখুৎ চুম্মম্মী।
ইবাবতনা পুখৎখি মশান্না কযাসু
লেঙদ্রবা খুদম ওইনা

মালেম শীনবা থুংনা মশান্না কযাসু
থবায হকচাং যাওনা ইবাবতনা
ফুতবল, হোকি, তেনিস, বেদমিন্তন
ক্রিকেৎনচিংবা মচু তানা অমদি চঙখোন্না।

অমুকসু দ্রমাগী লমদা
এম ডি যু দা উৎখিবম্মী মশামক্না
আর্তিষ্টকী অচৌবা থৌদাং লৌদুনা ড্রমা কযা,
১৯৩১ দা মণিপুব দ্রমাতিক যুনিযন লিংখৎখি,
সিম্বোল লাঙ্গোন কাবনসু মহাক্না পুথোকখি।

যুম্বান্বগী পুঙ্গিদ ইবাবতনা
মহাবাজ চুবাচান্দগী মযাম্বুং তোন চন্দ্রহাসকী
মচাইবেম্মা অহল খোমদোনম্নাগা
লুহোংলম্মী।
ওজা অমা ওইনসু ইবাবত
অফবা শকনাইবা গুরু ওইনা ফাওবম্মী।
ছাত্রশিং মতমচানা নিংথিনা ক্লাস হৌবম্মী
শেঙ্গা থুমজা তৌবা মীওৎ মীনৈ
অসিদগীসু লাপ্না লৈবম্মী।
মীযামগী থাবকপা লাইপোরি,
শীংথাবদ লোইবা লৈত্রবা
জন নেতা ইবাবত নঙনি
ঙসিদি নিংশীংলি কচচবি
নখোঙ খুযা চবন্দা

লৈবাং খুজোক অমতং।

ঈশৈ শকপা ইবা, ড্রমা যাওবা,
চুম্নগী খব মাঙজিন থাবদুদা নত্তে
অন্দোলনগী লুচিংবা ইবাবত,
মীওং মীনৈ খাংবা ঙমদবা
অবানবা যাদবা জননেতা ইবাবতনি।
নুপী লানগী লুচীংবী কযানা
চেঙ মপান্দা থাদোকপা থিংবগী
অকন্নবা লানসু অচুম্বা খোঙথাংদা
যাওবম্বনি মহাক্না লুচিংবা ওইনা,

বাজনিতিগী ক্ষেত্রদসু অঙকপনি,
লৌমী শিন্মী তোল্ল-তাববা কন্না লৈজদ্রবা
কাংলুপশিংগী মকপ্নি ইবাবত,
চীংমী তম্মী খাযদনা অমতগী
ৱাখন্দা মকুপনি মহাক।
লমদমসিগী ৱাংমদা লেপখ্রবনি ভোৎসু।

কাওবা ঙমদবা মাগী স্লোগান
'খুগ্রাং তোংবনা নোম্নগা
খোঙউপ তোংবনা চাবনি'
হাযবম্মী থাঙ্গোলনা মকুপনি।
থাঙ্গোল অদু মযা থাংঙু থৌনা
হে লৌউবা
লৌখাও মতম ওইবগা খাওশি সনা ফৌ
মীনায যোৎহিলং কোক্কনি
মণিপুব সনা লৈবাক ইমাগী।

১৯৪৮ পাঙথোকপা অহানবা
এসেম্বলী মীখলদা কাখি।
পুবর্বচল প্রদেশ শেম্বগী মাযোক্তা লেপখিবা,

## ১১১/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

অমদি ইবাবত পুংদোংবম থৌদোক্না,
মবম ওইবদগী এসেম্বলী
যাওবা ফংহনখিদে ইবাবত

চীং তমগী নুংশিনবগী খুদম
কযা বৃটিশকী মখুৎত জেলদগী
থাদোক্লবগী ইহৌ কযা
অমতা ওইবগী ৱাখলদা হোৎনখি
ইবাবত মতোমতা হিংবা পামখিদে।
মীযাম্না, পাঙ্গলনি, শক্তিনি উৎলমই।

লোইবা নাইবোইদবা লাইপোকনি ইবাবত,
শীলেট জেলদা পুন্সি লেল্লুববসু
অকিবা লৈতনা ইবাবতনা হোৎনখি,
মীযামগী যাইফনবা থবক কযা কযা।

বর্ম্মাগী অঙ্গো চীংগী ৱাংমদ
তাংবো খুনগী খুন্দোন্দ
যুংলি নীংশিং নুংপাক অম
ইবি মযেক লানা ।
অসুন্না থাবদা লোইবা নাইবোইদবা
থবক থৌদাং কযা ৱাৎলল্লবসু—
ঙসিগী মীবেলগী ঙাল্লহনবীবম্বা থাংমৈ
১৯৫১ সেপ্তেম্বর ২৬ তা পুন্সি লোমখি
মবৈবাক্তা লাক্লুনা ৱাবী তাম্বা নংদ্রিঙৈদ,
থাদোকখি সংসারদগী ইবাবত।
নীংশিংদুনা লৈহৌবি পাযখৎলম্বা থবক
কযা কযা।

ইকাই খুল্লবা উৎপা
নোংমৈ কাপ্লুনা কাইবেল কাইজাওদ
হাপ্লুনা থৌবম চাউনা পাংথোকসি

ইদুনা লৈবি মযেক লানা

Comrade I Singh
DIED ON 26th September, 1951
কোমরেদ আই সিংহ নোঙ্গাখি,
১৯৫১ সেপ্তেম্বর তাং ২৬ তা)

পুন্সিগী অবোইবা তাক্কক
ফাওবদা জননেতা ইবাবত
লৈহৌবিবা পাংগল্লবা লৌশিং
হেল্লবা কযানা ইবাবতকী ফিদম
লৌদুনা ইচাই চাযববা মৈতৈ
লৈবাক শেমজিন শাজিন্নবা
থৌনা পীবিবম্বদু পাংথোকচবা
ঙম্নবা ঈশ্বরগী মফমদা নীজবা
অসিনী।

পৃথিবীগী মফম খুদিংদা
তাবিবা মৈতৈ মচাশিংগী থৌনা
হাপ্পীবম্বা খুদমদি ফংলবনি
লৌশিং মৈবা, পীবম্বা থৌনা
নীংশিংলী অমুকসু নৌহৌনা
অরাং, খা, নোংপোক, নোংচুপ
মযাইদা পৃথিবীগী খোংচৎ ঙাযদনা
লৈবিবা ইবৈবাক চাশিং পুম্নু—
খৎনগনু, খাযদোক্কনু অমতা
ওইবগী লিংজেল উৎলকউকো
তাকপীবমই ইবাবতনা লাওবমই
চুখৎপিবম্বা লৌশিং মৈবা
মুৎতবা থাওমৈ লৌশিং হোৎনগনি
হাযনা কৎচবি ইবক্ত নেতা
নফমদা।

শীংথাবদা অরাৎপতনা থল্লবা কযা
ঙাকপীগনি ঐবুসু মপুং-ফাদে
হাযদুনা ঙসিগী শেঙলবা মতমদা
চৎলোকো খাম্বা রাবোই
ও। মীযামগী জন-নেতা,
কমবেদ, লুচীং পুবেল
ইবাবত
নহাক্কী শীম্বা লোইবদুনা
অবোইবা যাহিপ তানখ্রে
ইবাবত

তর্পণ থানা লাকপদা
হৈবাং-লৈবাং খবদং
কচ্চবগা লোযননা পাংথোকলি
সেপ্তেম্বর ৩০ দা নহাক্কী
তৌবিবম্বা উৎপীদুনা পাংথোক্লী
ইকাই খুম্নবা উৎতুনা
ঙসিদি সেপ্তেম্বর
থা অমা লেপতনা পাংথোকলি
নুংশিনা লৈকায খুদিং
স্কুল-কলেজ কযা কযাদ
খঙদবা ইবাবত কনানো ?
পাক-শন্না থংনবকলী—
ঈশ্বরগী অশেঙবা লাইপোক্নী
ইববাত নহাকপু—।

নহাক্কী নগুণদি কুইব-কুইবগা
হেপগৎলকলী। নুংশিখ্রেদা
লাই ওববা ইবাবত।

# ইমা

ওইনজবা ফঙখিদে
অঙাং ওইবিঙেদ
পোকচবী ইমাদা
লাইবক থিবা মপোক ওইবনা,
কদাযদা লৈখ্রেবগে নহাকপু ?

হাদ পলেমও নুংশিবী
লমদম কৈদ লৈখ্রবনো
হংলি কপচবি ইমা
ইদোম তুমিন্না হংজবি।
কবিগী কদাযদা লোৎখ্রবনো ?

চৎখ্রে ইমা নঙদি
নচা ঐবু হেন্দোক্লনা
হংলি তোযনা তোযনা
পাঙদ্রবা নচা ঐনা
লমদম কৈদা লৈখ্রবগে পলেম নুংশিবী নঙবু ?

কযাদা ৱানা নচানা
হোৎনবি মহে মশীং
তম্নবা মীবক তিনবা ঙম্নবা
নীংশিংলী ঙসিসু ঐনা ইমাগী
শীখ্রসিবা ঐবু মালেম থাদোক্লনা।

ঐসু পুক্নীং শোম্বা লৈতনা
হোৎনবা যাবা মথৈ হোৎনগে
মী ওইননবা হোৎনগনি অৱাবা লৈতনা
কবিগীনো খঙদে পুক্নীংশে মওল-মওল
খম্বুখি হনবা লৈতবা ঐনা।
নেপোলিযনগী 'অফবা ইমা পীবিযু

## ১১৫/ কুনমাথোইহ শুবা শতাব্দী

পৃথিবী জয তৌগনি' নুংশিত্থবা
পাওবৌ পাওতাকনি কাওবা লৈতনা
নীংশিংহল্লি ঙসিসু নৌহৌননা ঐবু
কাওঙমদ্রবা পুন্সিগী নুমিৎ তাবমদাই ফাও

অয়ুক্কী মতমনা লোইখ্রবদা
নুংথিলগী মতম যৌবকই
অমুকসু নুমিৎদাং ওইবক্কনি।
অসুম্না পুন্সিসিদা তৌগদবা কযা
থাদোক্কুনা চৎলসিবা মালেমসিবু।

তৌফম খঙদ্রবা মলেমসিদ
কবিগী হ্রাহল্লি ঐবু হন্না হন্না।
লৈবম্বা থোক্লবা পলেম নঙনা
কবিগী নচাবু থাদোক্কুনা চৎখ্রবগে?
থাদোক্কুনা নচা ঐবু ইমানা।

মপোক লাংওল অমদদি
নুংশি চান্না নাউকোনবিদুনা ইমা
চাওযোক নাউযোক নিংথিনা
খনবিযু নচাগী, নুংশিববা পুন্সি।
নুংশিববা পলেম ইমা।।

# নোংপোক্রোমদা মীথয়েং অমা

মতমগী খোঙচৎ কাযদনা
চৎলি নুমিৎ, থা, পৃথিবী
হাযবিবস্মী মতম অমগী
লাইওইববা শঙ-শঙ উবা
ঙম্বা মাযচৌশিংনা ঐখোযদা

অমুনবা হৈ-বা হেক্রুগা
থাদবকপাদা খুনবা হৈত্রবদি
অহেম্বা অরাবা নঙবগুম
ৱাহন্নী ঐখোয়সু হেন্না হেন্না।
তাকপীবমই লমজীং লমতাক পীবীবমই

শোযদনা লাকনি নোংপোক্কা মকপ মপাং
নোংচুপ লোমগী থৌজাল যাওদ্রবা মীওইশিং
থাদোক্লবগনি মবী ওইবগী ৱাবী
নোংপোক্কী ফজবা নিংথিজবা পোৎচৈ
চামিন্নদুনা লমদমসিগা লৈমিন্নগনি।

লুপলুবে মতম চহী কযা কযা
অৱাবা নুংঙাইবদা লেল্লকপনি ঐখোয,
ঙসিদি লোইখ্রগনি তপ্না তপ্না
মতমগী যাওলদু যৌবক্লবনি
অহোংবদি লাক্লগনি।।

মৈত্রবাক মচাশিংবু হে নুংশিদুনা,
লাওবক্লি অচুম্বা লম্বীশিংদ
চৎলুকো হাযদুনা ঈশ্বরগী মচাশিংদা
অশিংবা ফজবা লৌশিং হেল্লবশিংদা
চৎননবা অচুম্বা লম্বীদা।

## ১১৭/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

অকৃবনা মতাইদা লৈবগনি,
অনৈবনা ময়াইদ চেল্লগনি,
ককপা যাদ্রবা চুল্লবা ৱাফমনি
পাঙথোক্লসি হাযবম্বা তাকপিবম্বা অফবা কযা
পাঙথোকপা হৌবসি ঙসিদগী

নোংপোক থোঙ হাঙলগনি
নোংচুপ থোঙ লোল্লগনি
মসিনি ঐগী ৱাখলগী পাওখোঙ
ফোঙলবনি শাফোঙ অদু ঙসিদি
মাইচৌশিং চুমই নখোযগী মকুননি।

## গাড়ী ড্রাইভর

মশাগী গাডী লৈবা
ঙমজদ্রবা ফাওবদা মযুমগী
খবদং মচিঙ্জাক পু ঙম্নবা
ইমুং-মনুং থাক্নবা হোৎনবি ড্রাইভব।

অমুকসু অৱা অনা খাঙদনা,
অহিং নুংথিল তুম্বা চাবা
খঙদবা মখৈ ইবৈবাকচাশিংগী
চান্ন-থক্নবা, থাও-থুম, অতৈ অতৈগী মতেং পাংলি।

পুশিলক্নবা হোৎবিবা গাডী ড্রাইভব
শঙলবা লম্বী নম্বব ২
চীংগী লম্বী সবক লৈবা লৈতবা
থৌবক্কী হঙ্গৎ হন্দ মৈত্রবাক্কীদমক লেপ্পনা।

অনীশুবা লম্বীনি হাযবদা নম্বব ৩৭,
মমিংত ঙাইববা লম্বী নেসনেল হাযৱেনি
ফত্রবা লম্বীদ থৌবকপদ ৱাবগী অৱাবা
খল্লুদে গাডী ড্রাইভব কযানি।

অমুকসু লোকখাদা ইম্থুদুনা গাডী কযা
মৈ থাদুনা মাঙহল্লি গাডী কযা কযা।
ড্রাইভব কযাগী পুল্সিসু হাৎতোকপি।

কাওথোকপিথি মখোযগী তৌবম্বা থবকশিং
সবকাবনসু ঙহাক-ঙহাক্কী হাযবীবমই
নখোযগী ঙাকশেন্নবা হোৎনগনি সবকাব লৈবি।
ঙসি হাযবম্বা কযা হযেংদি কাওখ্রবনি।

## ১১৯/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

খুদোংচাবা লৌবা হৈবা ঙাক্তনি
লুচিংবা ওইবা পাম্বসু কয়ানি।
অঙকপা, অরাবা, কিবা ঙাক্তনি
ফজবা রাখলনা মাযথোঙদা মমি তাদবা নস্তে।।
Old wine in New Bottle হাযবদুনি।

# অরাংপা লৈতে

ইথা থাজদনা কচ্চাই
মমিং চৎলি চমপ্রা,
হৈক্রু, অরাথবী, কমলা
মখল মথেলগী হৈবাং-লৈবাং।

ঐনা উখ্রুলদ লৈবিঙে
মতম কুইনা থবক তাবিঙে,
চৎলুই কচ্চাই খুলদা
ইলেক্সনগী দিযুতিগীদমক।

খব লৈবগা অমুক চৎলুই
কযাদা নীংথিনা পাল্লী চম্প্রা
অযাম্বা মতমদা, খ্বাইদগী পানবা
থাদি নবেম্বব থাদগী মার্চ থা ফাওবনি।

মখোযদি লেপ্পা লৈতবা উহৈনি
এপ্রিল থা যৌবকপা মতমদদি
খব পানবা তাঙবা ওইখি।
মহাক্তদি তোঙানবা উহৈনি চম্প্রা।

উখ্রুলদগী অরাং পাংনা
মাইল নিফু লাপ্পা লৈবা,
ইংনা চীক্লা লৈবা কচ্চাই খুল
লৌউবা লাইবিক লাইশু থরায যাওবা লমনি।

উচেকশিং মতম মতমগী খোঙলি
মথৌ মঙম পাংলুবো হাযদুনা
তাকপিবি খোঙলি উচেক রাযাশিং—
কচ্চাইগী চীংমাইদা তাংথক নাযনা।

## ১২১/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

লাপ্পা চৎনবি লৌযানবা লোকপা
মচাবু লমদম লাপ্পা
মহৈ-মশীং তম্বা থাননবা
কন্না হোৎনৈ মচা মশুশিংগীদমক।

সবকাবগী থবক তৌবা খব
নত্তনা অযাম্বদি লোউশিংউবা
শীঙ যানবা, ইবোই, সন শেনবা
মখোযগী মরুওইবা শিনফমনি কচ্চাই।

মশাগী হিঙ্গোলদা হঙ্গাম হৌবগুম
অযাম্বা চমপ্রা চদুম চদুম পাল্লী
নাবাব পাম্বীগুম যুম খুদিংগী,
হৌবি পাল্লী অঙকপা ফংনা।

ঈশ্বরনা পীবা খুদোলনি
খুঙ্গংসিগী ওইনা ইতোপ তোপ্প মহাওনি
চমপ্রা, মচেৎ অমা ঈশিংগী গ্লাসতা
থাদবগা থকপদ হাওবা মহাও অঙকপনি।

তোপ্লোইগী চীংমাযদা পাক-শন্না
থাবি কোফি পাম্বী, যেংবদা পুক্লিং
হুনিংঙায মশকনি, অমুকসু শেম (Apple)
কযামকমসু পুথোকলি মফমদুদা।

শিরাবাখোঙগী উ মবক লোযননা গবোক অশাংবা
থোইনা মমিং চৎপা অদুগা খ্বাইদগী অহাওবনি।
ঙাবি অফবা খবগা থুমগা মবোক্কা এনশাং
মদুগা চাক-পুখম অমগা চান্নে।

সমদা পুবকই ইমা হনুবী অমনা
যাত্রিক্কী ঙা অতেকপদগী যাইহল্লগা
শেম্বা অকঙবা ঙা অহাওবা রানা

কৌতাদা কি জি  দা লুপা ১৫০

হেন্নসু পী ঐনা নুংঙাইতদুনা
ৱানা পুবকপসিবু হাযদুনা
অহাওবা মখলগী ঙা কযা।
ইমা মানবীনা ৱানা পুবকপদুদা।

ফংদবা লৈতে চেঙ চাক
উহৈ-ৱাহৈ কয়া কযা
শা ঙা অৱাৎপা লৈতে,
থুমসু থোকফম লৈ হাযনৈ।

অঙকপনা থল্লবা চীংনি
উখুল ঙসিদি থিজিনবীনবা
লৈতবদগী গাড়ী ফাওনদবা কযাসু
লৈ ঙসিদি চাওখৎপগী লমজেন্দ

যাওবা ঙমদ্রি ২১ শুবা শতাপন্দী
লাকপা কান্দ চীং-তম অনিদ
মণিপুব কদোমদনো কদাযদনো
শেন্নসি অনৌবা যুগশিং যৌবকপদ

কশোম খুল্লেনগী যোংচাক
আলু অঙকপা ঙাক্তনি
পোথোক নিংথিনা লৈবা ঙাক্তা
উখুল নীংথিজবা মফমনি।

# লৈরম্বনি

অৱাবা, নুংঙাইবা
অমুবা অঙৌবা
অথিবা ফজবা
নুংশিবা নুংশিদবা
অৱাংবা অনেম্বা
অপঙবা অশিংবা
হৈবা হৈতবা
অথুম্বা অখাবা
অহেন্বা হেন্দব
নুপী নুপা
অহাওবা হাওতবা
শেম্বা শেমদবা
লাইববা ইনাকখুনবা
থৌজাল হৈবা
থৌজাল হৈতবা
পুন্নমক ঈশ্বৱনা
শেম্বদগী লৈবম্বনি।

# মেরা হৌচোঙবা

পঙলৈ লৈবা নত্তে
চীঙ তমগী নুংশিনবা
ঋাহৈ ঙাক্তা হাযবা নত্তবা
পৃথিবীদা লৈবিবা
কাযনবা নুংশিন্নবা
লৈত্রে মালেমসিদ।

নোংমদি নীংশিংহল্লি
হৌচোঙবদা লান্নবা পোৎ
ঙাহাকতং ওইববসু
নুংশিহল্লি হৌচোঙবা নুমিৎতা

নোংম ঙসিগী
মেবা হৌচোঙবা
লাকপদা লান্নে পোৎ-চৈ
নুংশিনৈ নোমতং নীংশিংহল্লি।
কাওজল থিবা মীওইবা।

# পুন্সি লম্বী

পুন্সি হাযবসি অঙকপনি
মীওইবা নঙগী ৱাখলসু
ঙক্কবা ঙমদে সংসাবসিদা।

খুৎলিংদুনা লৈবা সমাজনি
মা, ঐ, মখোয, ঐখোয
পুন্না হিংমিন্নসি ঙসিগী সংসাবশিদ
পুন্সিবু মশক নিংথিনা খঙলদুনা
কবিগী ৱানা লেল্লি কনা অমনা
কনা অমনা নোক-খেদুনা লৈবি।

পুন্সিবু মহাও খঙনা নিংথিনা
কবিগী কপলি অৱাবা কযা নঙলদুনা
কনা লৈজদ্রবা মাগীসু ঈশ্বৰনদি
থৌজাল ইবিক খবদং খিকপিববোইদ্র?
নিজবি তোল্লবা মাগীসু থৌজাল ইবিক অমা।
কপচবা তেংথাবা নত্তনা উপায লৈত্রবা
মসিমসু পুন্সি খোঙচৎতা চৎলিবা অমনি।
মাগীসু মমল লৈত্রবা কযা নত্তবা নত্তে।
খ্বাইদগী অৱাংবা ফিদমদা লৈন্নবা হোৎনবি

কনা অমনা থল্লি শেলতনা ইজৎনি।
কবিগী অচুম্বা লাইবিক্কী মহাও খংলুনি
পুন্সি হাযবসি অসিনা শেলতবু নিংলি।
মসিসু পুন্সিগী লম্বীদা শোযফদ্রে খনজবা
নত্তে পুন্সিগী চপ-মান্নবা লম্বীদা চৎকদবদি।

## কৈন্যাকুমারীদা উন্নখিবী।

নুমিৎ তাবা মতমদ
খ্বাইদগী যেংবা নুংঙাইবা
কৈন্যাকুমাবী খা থংবা
ভাবতকী ইবোই লোইবা
কংফালগী শকক্লা উদ্রবা,

মফমদু নিংশিংলকই নুংঙাই
তাই নাকোংনা উববকান্দ
নিংথিজে সমুদ্রগী ইবাওখোল
সমুদ্রগী লৈবাইদ জবাব কাবকপা
অমুকসু জব লাওনা হন্থখিবা
পুক্লিংদা খনখি পুন্সি হাযবসি
অকা অকুমনি।

চীংদুম মচা অদু যৌনবা
চৎপদা মোতব বত তোংদুনা লাক্লি
তোঙান-তোঙালনা লমদগী
লাকমিন্নবা শাত্রিক কযা কযা।

ইখং খংহৌদনা Holland দগী
মশক মতৌ ফজখ্রবী লৈশাবী
মখোঙ অদু নুঙ ঙাক্তগী ওইবা
সমুদ্র তেবর্বান অদুদ থাদবগা
ঈশিংদ ঙৌবোক ঙৌবা সকৎ
শেৎলদুনা মতোমতা মখোঙ অনিদু
সমুদ্রদা দঙ-দঙ থাদদুনা শান্নবি।

Holland দি ইংবেজী নিংথিনা খঙদে
যান্না অচম্বা লোন্দা মাগী ৱাবী
শান্নখি ঐ মণিপুবদগী ভাবতকী

## ১২৭/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

নোংপোক ইথংবা মফমদগীনি
মানা হায় Oh, Are You Burmese
ঐসু শন্দোক্না হাযবমই যুমলোন্নবনি
খব লাপনৈ। কিদে মতোমতা
লম কোযবা লাকপনি নঙসু unmarried
Bachelor লা হংই হোয Miss
মাগী মিং, ঠিকানা Phone No যাওবা
Card পিবমই। মতমদু মণিপুবদা
ঈ-পাওগী ফাওনখিদবা
Mobile যৌবকতবা অমদি
খঙনবা উপায লৈত্রি নুংশিবা খোঞ্জেন্দো তাখিদ্রে।
খঙন্নখি মতমদু নীংশিহল্লি
নৌহৌনা নিংথিজবা Holland গী
ফজবী শকহেন্বী Liuda নংবু ঐনা

কাওবা ঙমদে কৈন্যাকুমাবী
নুমিৎ তাবমদাই যেংবা চৎলুবদ
ঐসু ঙসিদি নিংশিংদুনা লৈবা
নত্তনা কাওজল থিবা মীওইবনিনা
ঙবাংতমক ওইববোই নীংশিংলকই
হে শকহেন্বী। Holland দগী লৈশাবী
Linda নঙবু শঙ-শঙ উদুনা লৈবি।

# নুংশিবা মানা লাক্লবদা

নুংশিবা মানা লাকলবদা,
কুঞ্জবন অসি বসন্তগী ঈবাংনা থনখ্রে
রাধা কৃষ্ণগী জুগোল বন্দী উবক্লে।
নিংথিজবে লাইবৈবাকশে।

বশন্তগী ঋতুনা লাকপাদ,
গোপীশিংগা শান্নবা খোংদোই হুল্লক্লে
ঈচেল তপ্লবা যমুনাগী তোর্বান্দা
থেংলবা অহিং অদুদা শ্রী হবিনা।

ইতা নহা ওইবিবা হবিনা,
বশ কযানা ফুদোংদুনা
জগৎকী অরা নুংঙাইদগী ঙহাক কাওথোক্লবা
শান্নবি শক্লোন কযা পুথোক্কুনা।

নোংমনা নুংঙাইবা কোন্নুং থাদোক্কুনা
শা-কৈন্না থল্লবা বন্দা লৈহৌই
শোন্নহৌই লেপ্তুনা চিন্নান্দা রাধা। রাধা।
অসিবনে নুংশিবনা ঙাওবা হায়বদো?

থাজগী মঙালনা যমুনা ইথক হৌবগুম,
ইবেম্মা রাধাবু উবদা থম্মোয অসি থনখ্রে,
মথল মথেলগী লৈবাং পবেং থোল্লিবা কৃষ্ণ
রাধা প্রেমদা ঙাওখবে।

# অমুক রাহল্লরোই

অমুক ফোঙদোক্রবোই
নিংজবশে কংখ্রসনু ইবোলনুংদা
পূন্নমক মতমগী কল্লব ঈবৈনা পুখ্রসনু
নিশীংলবোই অমুক হন্না।

হৌখ্রবা পুন্সিদি হৌখ্রে
লাক্কদৌবা পুন্সিনা লেপ্তনা লাকলি।
ইবোইননা চৎমিন্নবি ঐসু
খোঙচৎ অসিদা মপূ মাগা।

ঈবৈগী ঈবোলনুংদা ঐনা
লোইননা চেস্থমিন্নবি মথং মথং
কদায যৌখ্রবা? কযাম লাপখ্রবা
খঙদে খঙনবসু হোৎনদে।

অসিমদি হাযনিংই ইচম চম্না
হাযদোক্রবোইদ্রবা রাফম পূন্নমক
ফোঙদোক্তনা অদুম্মক পুদুনা চৎলগে
কনাদসু অমুক রাহল্লবোই।

অনিংবা, অরাব, নিংজবা চৎমিন্নখ্রগনি,
কনাদসু হাযববোই, কনা খঙদ তুমিন্না
লাইবক থিবা ঐহাকসে
তুমিন্না কনা খঙহন্দনা অবোইবা মতমসিদা।

# শজিবু থানা লাকপদা

শজিবু নোংমা পানবা
লাক্লে লাক্লে কুমসি চহিগী
অনৌবা ফিজোন্দা
অশং অমানগা লোইননা

চীং মান লমহাং পুন্নমক
মালহৌনরে
লমতা থাগী অবোইবদা
থাবল চোংবগী খোঙ্খাংদা
নঙনা লাকই মোং হাদনা

নঙনা যৌবক্লবদা
হবাওনৈ যুমথোং খুদিং,
লৈত-লাইব খাক্তনা,
লৈ-শু, হৈবাং লৈবাং মচন শুনা
কৎলি অনৌবা চহিবু ওকচদুনা।

লাইনিংথৌসু খুবম্মী,
লমাবা তুমাবা খুকমজৈ,
শিদযাই-নাদযাই পিনবিনবা,
খুবাং চাংজৌ তবা লোন্নদুনা।
থবায-হকচাং পুন্না থৌনিজৈ।
পিবিনবা যাইফ নুংঙাই
অনৌবা চহিনা লাকপদা।

ইমা ইন্দোলশিংনা
শবোই ঙাবোই খাংনৈদো,
লাইশিংগী চাকথাক পিনৈদো,
অৱা-অনা তাদনবা
লাক্লিবা চহি অসিমগী।

## ১৩১/ কুনমাথোই শুবা শতাব্দী

শজিবুনা লাকপদা
মচানিঙোল ওইবিশিংনা
খুদোল তৌনৈ অনৌবা ফিজোল
মমা-মপা, মবুং মৌপ্পাশিংগী
লৈজ-লৈজব, অফবা খন্দুনা।

নুমিদাংৱাইবম নুমিৎনা নোংচুপ
মাযগৈ পাংলকপা মতমদা
চৈবাওচীংবু কান্নৈদো
অনৌবা চহিনা লাকপদা
পূক্লীং মথুম মবাং হৌনৈ পূন্নমক।

নুমিদাংগী মতমদা শাবী-শানৌশিং
খুৎক-খুৎকা পাযমিন্না থাবল চোংমিন্নৈ
নুংশি-ৱাবী শান্ন-শান্ন,
অৱা পোত্থা' ওইদুনা।

বসন্তনা লাক্লবদা
যুমথোং খুদিং ইনৌ নৌবে,
যেংবগী পেনবা নাযদ্রে।

ঐখোযনা ঙাইবমগে নঙবু
মথং চহিদসু
লাকউকো নহাক
যৈথায থিনগাযবা মবকসিদা,
অনৌবা চহিগী অনৌবা আশা পুদুনা।
ঙসিগুম নহাক লেপ্তুনা লাকউ,
ঐখোযদা অমৃত থিকপিববোকো।

# থাংজিংগী মশাইকোন

ইবুধৌ থাংজিং মাগী মশাইকোন্দা
মনিপুবগী লেমজনফম ওইববী
লোক্তাক নহাকশে ঙসিদি
অরাবা মাযোক্লবেদো।

অকোযবগী মীশিং লিশিং-লিশিংগী
শাইদাংফম ওইবিবী লোক্তাক পাৎনি।

মচা লিশিং লিশিং থাকঙম্বী
লোক্তাক পাৎনি লাইবক ফবী
চীংউ মাগী লাইবাওদা,
ঙাবম চাম্মা লোক্তাক্তগী ফাবগা,
কৎচদুনা তাইবং মীওইবগী
অরা অনা কোকহন্বনি।

পুরাবীদা যেংলুবগা
কৌরু, থাংজিং, রাংব্রেন্না
লোক্কী লাইজ পুন্নমক ঈবমথৈদুনা,
পুথবকখিবনি লোক্তাক্তা,
মসিনা শেমখিবনি অচৌবা ঈপাকসে।

নোংজু পাম্বানা লাকপদা,
চীংশাং নাপোমদগী চেম্থবকপা
নুংকুপ, লৈঙোই মযামশিনা
লোক্তাক পাৎশে অমোৎপগী
অমোৎপতনা পিক থনহল্লে।
ফত্তবা কৌশিং কৌবাং মযামশিনা
লোক্তাকপু অসুম অসুম থেনগৎহল্লি।

চীংলোন মাপন্না কোইশিন্বা
চীংঙুশিংগী মীৎযেংফম

মিংশেল ওইবি লোক্তাক্লা,
পাৎকী পাৎযাইদা থাঙ্গ কবাংচীং,
সমুক্কোল, কৈবুল, কৈবেনফাবী, চীংমৈ
থাবনতা ৱাৎপনি লোক্তাক নঙগী মশাইগোল।

খোর্দাক নোংমাইখোংনা পনঙাকপা,
লোক্তাক্কী ৱাবীশে সমুদ্র ঈপাক যৌহন্না,
মালেমগী মফম কযাদা খঙহল্লুবগে মতাগুম
চীংনুং মানুং মবক্তা
শথেক নাইনা জগোই শাদুনা
নোংপোক মৈবম পাংবদা লৈনা-লৈনা
থেক্লা খোযনা চৎখ্রিবা।

খোর্দাক তুবেলও নুংশিবী,
নঙনা তম্বীকুচো লোক্তাক্কী,
নুংশি নুংওন ৱাবীসে,
নিংথী তুবেন্দা
পাক্লবা সমুদ্র যৌনবা।
মালেমগী মীওই পূন্নমক্লা খঙজবসনু।
লোক্তাক মাগী ৱাবী শীংবুলশে।

লোক্তাক্কী মশাইগোন্দা
কাওবগী পবৈনা কুপঙমদ্রবা
মোইবাং লৈবাক্কী নুপীজাশিংগী
মবক্তগী অথোইবী
মিংলেন্দি লাইবৌলেম্বী না
লাইহল্লিগী ঈচেলদা
চিংহী শম্বাল লাংঙৈদা
মোইবাং পাখঙ শকহেন্বা পাঙ্গলবা,
হেঞ্জুনহা কৌবগা
মশক-মশক খঙনদুনা

অপাম নুংশি কাইহৌনখি
থম্মোযগা থম্মোযগা মশক খঙনখি
পুন্সি খোংলোয় ওইমিন্নশি,
রাশক পবৈনখি লোক্তাক মপান্দা।

থমংখোংগী ঈযাযদা
ইপোম হৌবি ঙসিফাওবা।
নিংঙোল পখং খম্বা থোইবী অনীনা
লাইজনুংদা তাবা মিবেলবু যেং
লুদা চংবা লিলহাগুম
নুংশি চিঙ্গোযনজবা ঙমদবা,
খম্বা মহাক্না
নিংঙোল থোইবীগা
নুংশি পবৈ কিন্নখিবা,
থমংখোংগী ঈপাকসে
ইপোম হৌবি ঙসিফাও।

## দান

হবিচন্দ্রগী দান নিংশীংনবি,
হাযনকুদ্রবসু খঙনববা ঙাক্তনি
বিনোবা ভাবে নঙগী লমগী দান,
ফিদমনফন্নি বিনোবা ভাবে ঙসিসু।

মীওইবা জাতিবু নুংশিবা নঙনি,
পুন্সিগী মগুন খঙলবা মহাপুরুশনি,
বিনোবা ভাবে থৌজালহৈবনি নঙশে,
হবিচন্দ্র মাসু অমত্তনি দানগী মবমদা।

নমথাক চাওবা নাপল কাজবা কনাগুম্বা,
লৈতবা নত্তে ঙসিগী তাইবঙসিদা,
অদুগুম্বা পুন্সি মবেলদু খঙলুবদা,
ওইবোই যাবোই নীঙলুবদা ঙসিগী পুন্সি।

মতম হাযবসি হৌখিনি,
দানগী অর্থ যাওদ্রবা ঙসিগী সংসাব,
ধর্ম্ম দাতা কযা শীংথাবিদনা, খঙবিদনা
কযামুক লৈবম্বদু ঙসিদি কাওনখ্রে।

নিংশীংদবা ঙমদে লাইববগী মপা ইবাবত
মকুপ্নী মহাক্তো লৌমীগী অমত্তা ঙাইববা
কনা লৈজদ্রবা তোল্ল তাববা কাংবুগী মকুপ্নী।
মীযামগীনা খুবাইবুংঙো ইবাবত লাইপোক্লী।
ইমা টেবেজা কখোক্লবনি
কনা লৈজদ্রবশিংগীদমক
স্বামী বিবেকানন্দ মবৈবাক মজাতিগীদমক,
ধর্ম্মগীদমক নত্তে মীওইবা শেবাগীনি।

চাওখৎখ্রবা অমেরিকাদা রা ঙাংবদা
স্বামি বিবেকানন্দনা নুপা নুপী ৬০০০ হেন্নদা,
শক ১৮৯৩ গী সেপ্টেম্বর ১১দা
হৌবকখি Sisters and brothers of America

খুবাক কুইনা খুখি পেন্নখি অমেরিকানশিং
শোন্নখি থাগৎনখি মাগী রাবীদু তাববদা,
Sister Nivedita স্বামীগী তুংইন্বী ওইখিবস্মী
থাজখি মহাক্লসু স্বামীজিবু।

ঙসিগী চোইবোল তাইবঙসিদদি
দান্না কবিনো, ধর্ম্মনা কদাযদনো
খঙদ্রবা মওং মবিল তাদ্রবা জগৎনি,
পুঙ্গিদা কখোকপা দান হায়বসি মকনি।

## থিরকপনি নঙবু

কুইবে নঙবু ঐনা থিবকপা
মতম কযাগী মমাংদগী
কযাদা রাক্নবা থরাযশে নঙবু ভাইবদা,
লম্বী লমশাং অসিদা।

অরাবা খুদোংথিবা কযা থেঙনববসু,
রাখিদে কাওথোকখি নঙবু উবগনি খল্লুবদা,
হে ! থরাযগী থরায ওইবিবীও,
উজবা ফঙবদা কযাদা হবাওজববা।

নঙসু ঐবু কাওবমগদ্র খল্লুবনি
অদুবু কাওবমদ্রি ঙসি ফাও ঐবু
মসিগীদমক নুংশিবা কৌবা লাইবু থাগৎচবি,
রাববসু রানা নঙগা থেঙনববে।

গুন্দা, ডাকু কযাগী
মখুৎতা তাবমগদবদগী খজিক নাম্হোকখি,
অঙাওবা ভিক্ষাবী শাদুনা ফত্তবা ফিজোল শেত্তুনা,
লাকখিবনি নঙবু উননবা।

নাম্হোবকখি ঐনা মখোযগী মবক্তগী
লৈহৌবোকো নখোয মযাম হাযবগা
অমুক কন্না চেন অমুক তফিং তফিংনা,
চীংযাগী অশোঙবা মবক্তা চংদুনা।

অশম্বা লম্বী যেংদুনা যৌদদি যৌবগে
খন্দুনা নঙগা অমুক্তুং উনবগা
পুক্সিশে মাঙখ্রসনু খল্লম্বনি ঐনা নঙগীদমক
উনবগা কযাদা হবাওজখি নঙনা-ঐবু।

অসুক কুইবা মতমসি মাঙলুবিবদি
কবম্বা মফমদা লৈফম্বগে নুংশিবা নঙবু,
ঐদি নঙবু উবকত্রবদা পুন্সিসে কান্নদ্রে খল্লুবে,
ইদোম তুমিন্না হিংনিংদ্রবনি ঐ।

লেপ্লুবে অৱা পুন্সিগী তোর্বান্দা
হিংবগী অর্থ লৈতবা পুন্সিনি ঐ
ঙসিগী পুন্সি অৱাবনা থল্লবা খাঙফম খঙদ্রবা,
ঐগী পুন্সিনি হাযবদুনা কপমিন্নখি নঙগা।

## নুংশিনবা

কুঞ্জোনা জহেবাবু নুংশিখিদবা নত্তে
মাইনু পেমচাবু বডচাওবনা
পুন্সিগী খন্দবা নত্তে
লাইবৌলেম্বীনা হেঞ্জুনহাবু
থম্মোয শেংনা নুংশিখিদবা নত্তে।
মাংখিবনি থৱায ফাওবা হেঞ্জুনহাগী
লমতা থাংজ অহান্বা নুমিত্তা
উন্নবা লাকপদা লাইবৌলেম্বী
লাইযাম্না তান্নবকপা মতমদা
সনথোঙ লোনলম্বনা
পন্দুনা তুশিনবদা
মথৱায ফাওবা মাংখি
লাইবৌ লেম্বী মশুং লাংগীদমক।

বোমিও জুলিযেৎ শিমিন্নখি
কন্না খংখিদে
নেহকন্না ইডিৱানা মাউনবেতন
লৈন্নবম্বা অবোনবা মবি।।
সহাজহান্না মমতাজবু

কযাগী মতিক নুংশিজখিবা
নুংশিজখিবা অদুগী খুদম ওইনা
ফুবা অমা কল্লকখি
ঙসি ফাওবা পৃথিবীগী
অঙকপা মশিং থাবকপদা যাওবি
মমতাজবু নুংশিজবা তাজমহল হাযনা

পৃথিবীবাজ নিংথৌনা সনযুক্তা
কযাগী মতিক নুংশিজখিবা
সযম্বব তৌদুনা অতোপ্পা
নিংথৌ কযা লাক্লবসু
নুংশিবনা পৃথিবীবাজ সনজুক্তা
নুংশি ৱাইথুংনখি।

জগৎকী মপু ওইবিবা
মহাদেব অমদি পাববতি
অনীগী নুংশিবা অঙকপনি

পাববতিগী মপাবুংনা মহাদেব, শঙ্কব, নিলকন্থ পামদ্রবসু,
নুংশিনবনা মহাদেব-পাববতি
পুন্সি খোংলোয ওইবম্মী।

দশবতকী মপাবী অহল
শ্রী বামচন্দ্র চহি ১৪ বন্দা
পুন্সি লেন্দুনা
মপাগী ৱাশক ঙাকখিবা
সিতাসু অৱা অনা খঙদনা
মবুংঙো বামচন্দ্রগীদমক
চীংলক মাল্লক্তা লেনখি
হিংচাবা বাবনগী খুৎতা তাববদসু,
সতিত্বগী গুন মাংখিদে।
সাবিত্রিনা মবুংঙো সত্যবানগী থৱায
যম নিংথৌদগী নিজহৌখি,

অৱাং কৌব্রু
লৈমায খুন্দা অহানবা
তালোয অনিশুবনি

কৌনু, কৌজেং লৈমা,
অনিমক নুংশিনা তোঙান তোঙানবা
মফমদা থম্বীবি
লাই হাক্তুক্তগী ঙসি ফাওবা
কাযনখিদে।

শোবাবেন্না কোম্ৱৌজম লাইবেম্বীবু
অসুক্কী মতিক নুংশিজখি
লাইবেম্বীনা মপাম লমদমদা
মাগী মবী মতা লৈতবা যাওবে হাযবদগী
শোবাবেন্না কনাসু শিবা লৈতে
ফবে ননিং থুংনবা চৎলো হাযদুনা,
সনাগী কৈবাক থাদদুনা চৎহনখিবনি।

ইকাইমন্দুনা সোবাবেনগী মফমদা,
হঞ্জবা ঙমখিদে, লাই হাক্তুক্তগী
নুংশিনবা পুন্সিগী থৌবিনা পুনখিবনি,
মপুন্সি ফাওবদা কৎখিবনি।
বুধচন্দ্র মহাবাজনা নেপাল্লী নিঙোল,
ঈশ্ববী মহাবাণী লুহোংদুনা কযাদা নুংশিননা,
লৈবম্বনি মতমদুদা, অফবা মবীনি,
লাপ্পা নকপা লৈতে নুংশিনবগী সংসাবদা।

গান্ধীজিগী লোইনবী ওইখিবী
কস্তুববাই ধর্ম্ম চেনবী লক্ষ্মীনি।
কযাদা নুংশিনবমখি মখোযনি।

নিংথৌবেল চুবাচান্দ মহাবাজনা
খাম্রন্দা পোকচবী ধনমঞ্জুবিবু
হেক উবদা কযাদা নুংশিনখিবা,
মসিমক ঈশ্বব মাগী খুৎশেন্নি।

হে নুংশিনবা কবন্না ফোঙদোকশিগে
থম্বালনুবু মহন সিংনা কয়াগী মতিক
নুংশিজখিবা,
প্রেমি-প্রেমিকা অনীগী নুংশিনবা,
ময়েক শেংনা উৎখি,
মথরায ফাওবা থাদুনা।

